—কচচবা—

ঈবুধৌ ৺গৌরমনি
পুরোল লেংনা তিন্‌বরকি
পুরেল পুকোক ওইবা ঈয়ুরা-ও
ঈবুধৌগী মপারী
৺পাল হায়না কোলোইবা
ঈবুধৌ ৺পালগী মপারী
নশু ৺তুবোল্ হায়না মিঙ্গৌবা
ঈবুধৌ ৺তুবোল্‌না পোক্পা
নশু ৺থাবল্ মিংলেল হেনমোইবা
পণ্ডিত অচৌবা কমথোল কা,
মোইরাং নিংথৌ ওইরম্বা
ঈবুধৌ থাবলগী মপারী
নশু চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবা,
ঈপুবোক চন্দ্রসিংহগী মপারী
নশু শুথাং নদিয়াচাঁদনা পোক্পা
তোল্লবা নশু শুরোন ঐহাক্না
ঈয়ুরা-ও নহাকী
চোয়নৌ সনা নখুয়াদা

কচ্চরি
"সেলোই লংমাই লোল"
[illegible] নবীদনা।

খোংমন
জুন ১৫, ১৯৭৩ ইং




নশু শুরোন ঃ—
উদয়চাঁদ।

## —হঙৎচনিঙবা থৱদং—

ৱাকৃইয় হিরম শেম্ন হোনঙমন্ত্রবা, থবো থপ্নাল কয়ানা থাম্নবা লাইজ ঈরেলপুঙশুম্নবা মৈতৈ পুয়াগী পুকয়দা খুৎমাজরুবা পাঙন্ত্রবা ঐনা খুৎলাম-খাম ওইনা মৈতৈ ঐখোয়গী ঈয়েক্না ইথুনা লৈরম্বা "সেল্লোই লংমাই লোল" কৌবা লাইরিক মচা অসি বাঙ্গালী ময়েক্ক ছাপা তৌথুনা পুথোকচরি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা হান্না লৈরম্বা ৱাহৈগী অরুম্বা খোন্থোক তা, তু, পা, পু, পি, কা, কু, কি নচিংবা পুম্নমক অথুম্বক কায়দনা ইজরে। অথুগা ঙম্বমখৈ হসন্ত ( ্ ) হাপ্লগা আকার ( া ) খরাদি লৌথোকচরে। মথুনা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা-পুদাদ অকায়বদি লৈতে।

লাইরিক অসিদ ইরিবা ৱারোল্দি লৈবাক খুন্নাইন "নোংমাইজিং" নত্রগা "বারুনী চৌঙ" হায়না খঙনরিবা চৌঙ অসিগী চৌঙলোন, ঈরোক লাইচম, পাৎ, থেল, অকোয়বদ লৈরিবা লম-তু, তু-খোং অমস্তুং লৌবুক লমহাংনচিংবগী মমিংশিংসি থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী মখাপোন্না থোনখিবগী মরমদা মরি লৈনবা ৱারি মতেক কপ্পা ইরি।

মাল্লেমসিদা লৈরিবা পোৎলম, তুরম খুদিংমকপু তোঙগান তোঙডাম্না শকখঙনবগীদমক "মমিং" হায়থুনা লৈরমলিবসি হয়ীতৈ লাই হাকক্তগী করিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোক অমগী মখা পোম্না থোল্লম্মী হায়বা মৈতৈ ঈনাৎকি ওইবা চাউখৎপগী মমল য়াম্লবা লংলবা খুদম অমা উজবা ঙম্বগী ৱাখল লৌশিং পোকহনলিবা অসিনা লাইরিক অসি পারুবগী মহৈনি ॥

অৱাবদি মৈতৈলোনগী মরমদ নৈনব্রিবা মীওই অঁমনা মমাঙঙৈগী অহল-লমন্না পুয়া ইনবগী চৎনবী অমা ওইনা শিজিন্নরম্বা অমস্তুং ইরম্বা অরুম্বা ময়েক অমস্তুং খোন্থোক্কু পাথোকপ মতমদা য়াংনা পাথোকপ্পা হৈনদে অমস্তুং ঙম্নদে।

খুদম ওইনা পাবগী মওং—"লংমাই মতাইমতি লংমাই মুংপী লমৱাংমনে। তিংপীরাঙ্ কোপনা ৱাপ কতোনোংবিনো॥ (১) কোঃ য়ঃ অসুম্না ইরম্নবসু পাবা মতমদদি—"লংমাই মদাইমদি লংমাই মুংবী লমৱাংমনে। তিংবীরাঙ কোবনা ৱাংবা কদোনোংগিনো।" অসুম্না পাখোক্কদবনি। মসি অৱায়বা থবক্তি নত্তে, লোল্ য়াম্না খঙ্বা অমসুং হোৎনবা চঙ্ঙি।

হৌজিক্কী মতমদ অৱিবা লোন্দা ইবা লাইরিক পাম্বসি মীওই খরদনি, অয়াম্বদি হন্না ফাওবা য়েংবিদে। অদুবু মতমগী মতুংইন্না ঈরোলগী মগুন্ খঙ্নিঙ্ডুনা কুপ্না নৈনদুনা নিঙথিনা খঙ্লক্লবা মতমদ অৱিবা মৈতৈরোনগী লাইরিক পানিঙদবগী লায়না কোকপগা লোয়ননা ঈরোলগীদমক্ অৱাংবা থাক্ত সনাগী তাঙ্বল অমা থানিঙ্লকখিগনি। মতমদু য়ৌদ্রিকাওবদি লোল্ অমসুং লাইরিক পুন্নমক্ মীগী মনিঙ্ ময়াদ শাইদাংদুনা মীপান্ তাংনা লেনবা তাবনি। ঈয়েক্ লৈনা লৈনা ময়েক্ শাবা ঙমদদুনা মীয়েক্না ছাপা তৌবা, মৈতৈ কাঙ্লুপকী ওইনা ঈকায়নিঙঙাইনি; অদুবু উপায়দি লৈতে চোংজবা নত্তুনা, লিংজেল্ মান্নদবগী ঈকায়খাঙ্গী মায়খুম্ খুন্নগা।

অরোইবদা, লাইরিক অসি ঐনা ফোঙদোক্নিঙ্ঙি হায়দুনা ঈনিঙ তৌনা ফোঙদোকপগী হক্ লৈজদে। ঐগী ঈপুবোক শ্রীচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবদগী ফোঙদোক্লবগী য়াথং অমা লৌবগা লোয়ননা শিন্দোক্চদুনা মণিপুর সরকারগী Education Department দা ফোঙ্নবা শেলগী তেংবাংগীদমক থাগৎচরুবদ লুপা ২১৪ থক পাংবিরক্লই। মসিমক্সু লাইরিকসি য়াংশিন্না ফোঙবা ঙমজবনি। মসিগীদমক্ ঐখোয়গী সরকারবু থাগৎচরি। মতুংদসু নিজখিগনি, ফোঙজখিগনি॥

ইম্ফাল,
জুন ১৫, ১৯৭৩ ইং

এম, উদয়চাঁদ

# সেল্লোই লংমাই লোল

ওঁ হয়া হে, হে খোইমোম্ লাইনিংথৌ,
সেল্লোই চিমাপ লংমাই নামুংপ
কোন্থৈ অভাম্প সোংলেন্ অথাপ্প
চীঙগু, অমম্প-ও, সেল্লোই নকাইফম্
লংমাই নখুনেং চীঙ্লেল পাল্লং-লা
খোইমোম্ লাইপুঙ্থোল্ অরাংপ
ঈরোক্ লাইচম্ ভরেংমা
চীঙসাং নাপোম্ মাপলমপু
তৈথিম্ চিঙ্কোই ঈরাক্মন
হয়া লাউনা তেংথাচরক্কে ॥
খোইমোম্ চীঙঙ্রা-ও,
কোরৌ নপীতোলপীকুনো
রাংপা থিঙ্লৌ নিরু
য়াইপী নমুং হৌপীকুনো ;
তিল্লাং নখোম্ম সাওপীকুনো ;
হয়া হে, হে লিক্লাই-ও ॥
মঙল্ তরং রাংপ-চীঙ্
লংমাই লংপ চীঙমান্-লং
সেল্লোই মম্না সেময়ে ; মম্পীলোক্
লংমাই লয়না সাই, লয়সালোক্
অমম্ লয়সালোক্ ॥
লংমাই হাল্না সাপ-চীঙ্
চীঙ্লেল্ খুংলাম্ থাম্নে ॥

সেল্লোইন নিককনি
লংমাইন হাকনে হায়পকিপু
তেৎনৌ য়োৎপী হুইখাচীঙ
নাম্ভ খাইপঙ্ চীঙ্
লিরেল্ পাফন্ চীঙ্
লাঙতাই চীঙমুংসি
নোংখল্ চীঙ্মতোল্
য়ারান পুপী চীঙ্
খোল্খাংন তাউপী চীঙ্॥
লোক্তন ; খোমতুন,
লোক্লেম লাল্লেম সেম্পা-চীঙ্,
পেলুক পেরাইন সেম্পা-চীঙ্
সাম্পা থাঙ্খোংনা তাউপ চীঙ্
মমু রোংপী চীঙ্, মমৌ উলপী চীঙ্
অকোং লৈরুম ফুইপী চীঙ্
ঙাল্থম্ লৈরুম্ তাউপী-চীঙ্
য়াওপ চমু মুকোক্-চীঙ্
সেল্লোই চীঙ্য়া চাউ
লংমাই লংবা চীঙ্ মঙনপু,
লোল্লেম্ ঈরাকমন
নয়ু খোইমোম্ লাইয়িংথৌ
সেল্লোই চীঙ্মাপ লংমাই নামুংপ
সনা নখোঙ্ খাপু
হয়া লাউনা সৈথিচরকে ;
হয়া হে, হে লিক্লাই-ও ॥

---

কোলোই য়াবা (১) লংমাই মতাইমতি লংমাই মুংপী লম্‌রাংমনে। তিংপী রাঙ্‌ কৌপনা রাংপ কতৌনোংকিনো? লুরাং লংমাইপন থাঙ্‌পু চাম্প, লৈখাম কাপন পোইরৈ খুলকুম্নকপত রাংঙম্‌ খুলতারকৈত সেল্লোই চৌঙ্‌ লংমাইপু সমু নমতা হুল্‌ন পোইরৈ খুলকুম্নকপত মম্রিম্‌ লুরাংনা মীকোন মুংপাল্‌ন তেংথান থোংপু তিংপী-ও ঈপাকপু আইকৌ-ও কৌয়ে। মুংপাল্‌ সঙ্‌যাম্‌ অহোঙ্‌পন মুংপাল্‌ ইপা চা লুরাং ঈয়েম্লুসিংও, ঈখোয়না পোইরৈ খুলকুমসে রাংঙম খুলতাসে হায়পতি মোম্নু তানলোয় ঈরুম্পীপু সনা লাঙ্‌চৈ চোংকনে। মুংপী লমলেল থোল-ও তিংপী কৈনা লাম্ন সেকচুপ পলতাই রৈনা য়াম্ন থোঙকৈ চিরোন চল্‌ন থোংলেন-পালপৈ সেম-ও হায়খিয়ে। মুংপাল্‌ পুম্না হুপ্‌ লুরাং পারু তাইন পোইরৈ খুল্‌কুম্নকপত মাল্লং মথি নাইপ খমকোল্‌ মরাঙ্‌ হৌপপু লমরোরুরে। মম্রিম্ন মীকৌন ঈল্‌পাক্‌বু রায়কৌ-ও কৌয়ে। থোং-লেল্‌ তিংপী লান্‌পত রায়কৌ মরুতুপ্পু মাল্লং মথি নাইপন হুমথ-খিয়ে। লাইচা ঈতা তারে। অতু নোংকিপু তিংপী রায়কৌ পাৎ মুংপী লমথোল্‌ পল-ও মুংপাল্‌ খুলকুম্‌ লম্‌ লুরাং খুল্‌ত লম-ও তৌনা কৌয়ে। লংমাই মুংপী লমতাং-ও তিংপী রায়কৌ পাৎনে।

কোঃ য়াঃ (২) সেল্লোই মাক্‌পাক্‌ম লংমাই চৌঙ্‌সামতি মৈতেঙঙু পোইরৈ খুল্‌চাউপ থঙ্‌তা থোয়নাই সেলহোঙ্‌পম্‌সুন লাপা খুমল্‌পু য়াংতৌ সারম লিপতা য়াউরৌ সাপু পৈরমরে। অতুনোংকিপু মৈতেঙঙু পোইরৈ খুলচাউপন য়াউরৌ সাপৈ-থেল্‌ও হায়ন থোলনয়ে। সেল্লোই সাপৈ থেল্‌ন লাইরেল্‌ পোইরৈ খুলচাউপ থেল্লেল্‌ মুরাল য়ায়নে।

কোঃ য়াঃ (৩) সেল্লোই মতাইম লংমাই ঈরোক্‌ লাইচম্‌মতি খোইমোম্‌ লাইম্রিংথৌ কোরৌ চৈখাক্‌প রাংপল্‌ চৈরাউপ অখাকপ নোংসিঙ্‌চঙ নোংসু নহা লিহৈপ নোংথিল্ল চাইপ লোক্লেল্‌ অচল্‌পনে।

কো: য়: (৪) সেল্লোই মতাইম ঈরোক্ ঙমথংন চীঙসাং ঙল্লোম্নপতি সেল্লোই পাইপং হুয়মাঙ্লোক, লংমাই হুয়মাঙ্লোক, লংমাই লিরায় লম, সাপী লৈরাং সোয়-ও কৌপতি কল্লৌনোংকিনো? মমা লৈহৌনু-চা লংমাই পাইপং লৌথিপন খরায় চাংতোল্ থল্ন সেল্লোই লম্থাঙ্ লৌনা য়াল্লা খোঙ্কৈ চিরোল্ চল্ন সিঙঙুৎ নাচুঙ্ য়ৈনা সোয়সেল্য়ে। লুফুই নাপ্থুময়ে। সোয়রেল্ খমৃঙাক্ লৌপত কোরৌ মুমীংমতি খুপীং খুপাই চল্য়ে। কৌরৌ মুনীংমতি য়োংমু য়োংসেল্ চঙ্য়ে। কোরৌ মুমীংমতি লেম্লৈ ঙারৌ চঙ্য়ে। কোরৌ মুনীংমতি মুরোক্ পাইপঙ্ চঙ্য়ে। অতু নোংকিপু লংমাই পাইপং লৌথিপন কোরৌ মুমীংমতি ঙাতেক্ ঙানৌ চঙ্য়ে। কোরৌ মুমীংমতি ঙাপী ঙারুম্ চঙ্য়ে। অতু'নাংকিপু লংমাই লৌথিপকি সোয়সেল্ রাইনে। খুপীং খুপাই সোয়, মুরোক্ পাইপঙ্ সোয়, লেম্লৈ ঙারৌ সোয়, ঙাতেক্ ঙানৌ সোয়, ঙাপী ঙারুম সোয়-ও তৌনা কৌয়ে।

কো: য়া: (৫) লংমাই পাইপং লৌথিপন সাপী লৈরাং সোয়পু সোয়কাইপত লিক্লাং মমুং চঙ্পু, থপাক্ ঙক্কোয় লিকপু, খরায় চাংতোল্ থক্লা লংমাই পাইপং লৌথিপন লিক্লাং মমু'চঙ্পু খুমল্ খোঙ্কন্রাঙ্ন অচেন্ লোক্লে হৌন খরায় চাংতোল্ থকি লংমাই লিক্রায় থাখিয়ে। তম্পাকলৈ হাউখালা পাইপং লৌথিপন সোয়লেল্ খম্খাঙ পায়ন তকলৌ সিল্তং সোম্ন থিক্লেল্থাকা ফুনা রারোইখিয়ে। লিক্লাং ঈমুংচঙ্পু পাম্মুইয়ে। ঐতি খুমল্ খোঙ্কন্রাঙ্পপু হৌনেক্কে হায়ন অচেল্ লোকলৈ হৌনা সেল্লোই মচীঙ্ কারক্লপত রাংলৈ ঙাউপা তুংইল ঈহুয়চাপু রাংনৌ লম্পী লমথাঙ্মত মাঙ্লৌরে। অতু নোংকিপু লংমাই লিকরায়রম্ পাইপং হুয়মাঙ্লোক-ও তৌনা কৌয়ে। লাংমাই পাইপং লৌথিপতি রাংলৈ ঙাউপা তুংইল্ মহুয়চাপু মাঙ্হৌরপকিতমক্পু অনৌপ থিক্লেল্ থাকা ফুনা রারোইখিয়ে। লিক্লাং ঈমুংচঙ্পু পামুপমুঙ্ কাতৌকৎ নৎতে।

য়াংলৈ ভাউপ ঈছুয়চাপুস্নুঙ্‌ পামুইয়ে হায়ন থাঙ্‌লেন্‌ মথুৎস্নুন উনৌ কোনভে কয় য়ায় ভাউপ মাছুয়চাপু থিরময়ে। অতু নোংকিপু কয় ছুয়থিলোক্‌-ও থোলনৈয়ে। লংমাই কয় ছুয়থিলোক্কে। সেন্নোই পাইপং ছুয়মাঙ্‌লোক্কে। লংমাই ছুয়মাঙ্‌ লোক্কে পাইপং লৌথিপ সোয়-রেলয়াইনে। সাপী লৈরাং সোয়নে॥

কোঃ য়াঃ (৬) সেন্নোই মভাইম লংমাই চীঙ্‌সামতি— অসাই-ঙৈকি মমা ভম্পাক্‌লৈহোঁনু মচা লংমাই পাইপং লৌথিপন লৈরায় মুংপী থক্ক লেৈয়ে ঙাপু লৈন সেন্নোই লংমাইকি ময়ল্‌ মথুমস্নুঙ্‌, পোইরৈ মৈঙৈকি ময়ল মথুমস্নুঙ্‌ ঙয় মুল্‌ন খায় য়ায়য়ে। অতু নোংকিপু খান্‌লৈ চীঙ্‌চেং-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৭) সেন্নোই নাক্‌পাক্‌ম লংমাই চীঙ্‌সামতি—সেন্নোই লম্‌-নামুং থেংয়া সাকারম্‌-ও কৌপতি কভৌনোংকিনো। খ্বাই নোং-চেংপম্‌ পীপা য়েক্‌মা হাউতংল মমু পোাপরা-চা ভল্‌প নোংপোক্‌ ভৌরিংলৈমা-চান ভাউছুয়রেং অহল্‌পপু কন্‌হোঁ নিক্‌থিয়ে! সুমিৎ অনীম চায়োম থপী অনী লেংসিয়পপু য়ায়োইথিয়ে। ঐতি কোরৌ সুমীৎমন ভরা-লোচেন্‌ পোৎপু অনীলক্‌ ওনভেয়ে। লৈপল্‌ অয়ুঙ্‌ সিঙসং পোৎস্নুঙ্‌ অনীলক্‌ হলয়াইয়ে। পারি হাউতংহল্‌ ঈযোম্‌ হাউতংথুপীপু নাউয়োক্‌কভে হায়ন ভাউছুয়রেং অহলপপু য়ায়োইথিয়ে।

কোঃ য়াঃ (৮) কোরৌ সুমীৎমতি মপুম্‌ সেন্নোই লংমাই য়া, লংমাই খুচুম্‌ য়া, হাউথোঙ্‌ নোংথিল য়াপু য়ানিপতি য়াপীভে। কোরৌ সুমীৎমতি চক্‌প থোংথোঙ্‌ কয়াল্‌য়াপু বানিপত য়াপীনঙম্‌য়ে।

কোরৌ সুমীৎমতি কোঙ্‌য়াঙ্‌ ভল্‌খায় লৌন অউপ্পতি লিকা য়োইয়ে। অয়োংপন ভেলকা য়োইয়ে। লিসা ভেলসাথিয়ে। লিসেম্‌ ভেল্‌সেম্‌থিয়ে॥

কোঃ য়াঃ (৯) কোরৌ সুমীৎ মঙানি সুয়পক লিকৌ ভেল্‌-কৌথিয়ে। কোরৌ সুমীৎ মঙানি সুয়পক কোঙ্‌য়াঙ্‌য়া-খুমু, চীঙ্‌সোং

খুনু লম্‌লৈন্না, মমা পুচেং লৈনৌপী চান রাস। থন্‌কৈ তোংপপু ক্লাপ পাতম্পপু কোঙয়াঙ্‌ বাতোল থকি খুনু মালথিক্‌ তেরা পুচেং লৈনৌপী চাপু কাপ্‌থরে। তাউহুয়রেং অহল্‌পপু কাকশরা পাতম্পপু পাচুরুরে।

কোঃ য়ঃ (১০) কোরৌ নুমীৎমতি সেন্তাং খারা পলতোংপপু কাপথরে। কোরৌ নুমীৎমতি মোম্‌ তানলোয় মরুম্পীকি পুল্লাং লুলোই থোংন লাইচ ঈপাল-লাং, লৈরায় ছুয়সোন. কারক্‌পপু পুল্লাং মঙক. ভম পাতমপপু পাচুরে। কোরৌ নুমীৎমতি মরুম্পী হাউন্দু চুংখান্নুকি চোল্লাং কাউপ মনাসিপু কাপ্‌খায়রে। কোরৌ নুমীৎমতি মোম্‌ তানলোয় মরুমপীকি লংসুং খোঙক তিংপপু কাপখৎলে। কোরৌ নুমীৎ তরামাথোইনি সুরপত কক্‌চেং লাপ মসিল্‌ লৌ, থোইচেং লাপ মসিল্‌ লৌন হুতৈখিয়ে। মোম্‌ তানলোয় মরুম্পী চথান্নুপু রাহমখিয়ে। মোম্‌ তান্‌লোয় ঈরুম্পী-ও রোক্‌লেল্‌ লাপ লৌচঙ্‌প, কৈরেল্‌ লাপ লৌতাপপু লৈয়ে। য়েন্‌লাং থৌচৎকুনো সিঙ্‌চা রাইচৎকুনো নতা খুলপোইকুনো। লৈকাই খাম্পী মৈরৌ-কুনো, য়ারা! সিঙ্গোঙ্‌ খান্ন হরেঙ্‌ খোঙ্‌ফাং নামুংন-ও হায়খিয়ে।

কোঃ য়াঃ (১১) য়েক্‌ম হাউতংলান তানলোয় মরুম্পীপু থেংন কোইন চৎখিয়ে। অতু নোংকিপু লংমাই থেংচা লম্নুংসি-ও তৌনা কৌয়ে। কোম্না মনোংয়ায়-তোংচেং খারা পলতোংপন লাপ খুমল্‌পু য়াংতৌ সারম্‌ লিপত অঙাল্‌পন খোক্‌মৈ নেন্নে। অতু নোংকিপু খাপ ফালতোংপন থেংয়া সাকাপ্পম্‌-ও তৌনা কৌয়ে। সেল্লোই লম্নুংসি থেংয়া সাকাপ্পম্‌নে।

কোঃ য়াঃ (১২) লংমাই মতাইমতি রাখা লৈতোয়য়া-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো লাইরেল্‌ ঙাঙ্‌ঙোয় য়োয়মোংপ য়োয়চাঙ্‌লেল্‌ ভম্‌হৈপন মোংপ সানল্‌ তালঙৈক্ক কোঙ্‌য়াঙ্‌ সোইনৌ ফুম্ন লাংলেল্‌ লপান তৌনা থারময়ে। রাথা-ও কৌপ্রপু পোইরৈ তাপা থিপন

রাখা-ও থোল্নয়ে। ভাঙ্ভোম য়োয়মোংপন কোঙ্য়াঙ্ মখুৎথাপ্পু লাংলেল্ মনাউয়োক্পু লোক্লৌ সোইরেল্ হুল্লপরা লাংলেল্ কোঙ্-য়াঙ্পু রারেপ্ ফারপরা হ'য়ন তোয়ন তোক্লন সাঙ্ন য়েংলম্য়ে। অতু নোংকিপু লৈত্তোর্-ও তৌনা কৌয়ে।

কো: য়া: (১৩) রাখা লৈত্তোয়পল্ খোইমোম্ লাইয়িংখৌ রাখারাক্প পল্লু ঙম্পা মচীঙ্চিল্ সেল্লোই মত্তাইম লংমাই মখন-মতি চক্প হাউরা নিংথৌ চমু মখুৎসা চেকাই লংপী চাপু মযিক্ সেল্লোই লংমাইন রালখিয়ে। লংমাইন তেংখানপতি সেল্লোইস মীকৌন অরৈপপুতি অরালপ-ও তৌন কৌয়ে। অতু নোংকিপু লংমাই চেঙ্কৈ রাল্ মরমসাং-ও তাঙ্চ লিলয়াম্ চীঙ্ খোইমোম্ লাইরান্ চীঙ্-ও হায়ন থোল্নয়ে।

কো: য়া: (১৪) লিল্লান্ লাইরান্ চীঙ্; সেল্লোই মত্তাইম লংমাই নাক্পাক্মতি থাঙঈ অঙল্ লৌ, লোইমোম ফৌকাক্ লৌনে। মচেঙ্ পাউমেল্ লৌ হাউচেঙ্ খোল্লোল্ লৌ-ও কৌপতি কত্তৌনোংকিনো। অঙৌপ লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীঙ্সোম্প তাংখুল্মোল্ থৌঙম্পা হুযেল্ সাযন্ তাইফপক মসানৌ তম্পা রাংঙল্লোন্ মৈরা পোলচেম্পী তখেন্ লাকাৎ ফাপীক খানলৈ লৌতা-পত সাপী মচেঙ্ লৌপু খানলৈ লৌতারকপত পাউহংঙময়ে। সানৌ পোলচেম্পী-ও নঙ্পু খানলৈ নঙম্ ফংলপরা হায়ন পাউহংখিয়ে। অতু নোংকিপু থাঙ্ঈ অঙল্ লৌ, লোইমোম্ ফৌকাক্লৌ; মচেঙ্ পাউমেল্ লৌ, হাউচেঙ্ খোললোয় লৌ-ও তৌনা কৌয়ে।

কো: য়া: (১৫) সেল্লোই মত্তাইম লংমাই চীঙ্সামতি লংমাই কম্নাম্প মকাইফম্; সেল্লোই মুতোংপ মচীঙ্চিল্ কৌপতি কত্তৌ-নোংকিনো? ময়িম্ সেল্লোই লংমাইন কাক্লেল্ মুনা ত্তোংলপতি মুতোংপ মচীঙ্সাং-ও থোলনৈয়ে। মুতোংপ মচীঙ্সাং কম্নাম্পু মকাইফয়ে॥

কো: য়া: (১৬) লংমাই চীঙ্লেল, মত্তাইমতি সেল্লোই লৌথায়োং থায়োং চুম্পা লোকচাউ ঈও কৌপতি কত্তৌনোংকিনো। তম্পা

য়াংঙয়োন্ খাপী লেংনাউ মোম্পীক অঙৌপ লংমাই নিংখৌ নোংপোক্ মান্লং হুমমোইপক সেন্নোই মচৌঙ্লেল্ লংমাই মচৌঙ্সাংত ঈল-তাল্লকপত খাপা তুংইল্লক্পন পানা উকনে হায়ন সেন্নোই ঈরোক্ লাই-চম্মতা কোয়ৌ মুমীৎ নিনীপু থৈরময়ে। অতু নোংকিপু সেন্নোই লৌ-থায়োং থায়োং চুম্পা লোকচাউ ঈ-ও তৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (১৭) সেন্নোই লৌথায়োং থায়োং চুম্পা লোকচাউ ঈপু ঙয়োন্ নাতৈনপতি সেন্নোই লম-নামুং লমলেল্ মোংপ কম্পোং পুং-ও কৌপনি কতৌনোংকিনো। নোংমাইনু অহোঙ্পী তুসাকোল্ ঙাঙ্ঙোয় য়োয়খোংপ য়োয়চৌঙ্লেল তমহৈপতি সচিফু লম্ঙাক্ তায়ৈত লাপ খুমল্পু য়াংতৌ সায়ম্ লিপত কম্পোং নায়ায় থায়পত বক্রৌ মান্পল্ থক্ত পুংথয়ময়ে। অতু নোংকিপু লয়েল্ মোংপ কম্পোংপুং-ও থোলনৈয়ে॥

কোঃ য়াঃ (১৮) সেন্নোই লম-নামুং লংমাই মোংপ কম্পোংপুং-পু সৈথিরক্কে। সেন্নোই মতাইম লংমাই মথলমতি খোইমোম্ লাইয়িংথৌ অঙৌপ লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চৌঙ্সোম্পন মসানৌ বাংকোল্ লাইরুয়া অতেংপীপু লাক্কপয়া হায়ন ঙাইরময়ে। অতু নোংকিপু ঙাই-য়োং চৌঙ্মাহুৎ-ও তৌনা কৌয়ে। অতু সুঙ্ মাত্তোমতে।

কোঃ য়াঃ (১৯) ঙাইয়োং থোল্মলক্তি লংমাই থিকলেঙ্ কুম্প লাউনং; য়াহোং চালতৌ, লিক্তোপ্ থৌয়াঙ্ন হাউকপ্ চৌঙ্সাং খুল্কম্ ঙাংচেং য়োকে, থাঙ্ডা য়োথাম্ থেংকে হায়পকিপু হাউমল্ পাক্ল থায় ঙাইয়োং য়াংন হুল্ন পাউতয়মমে। অতু নোংকিপু হাউমল্ পাক্থায় থেল্-ঙাইয়োং য়াংপ চৌঙ-ও তৌনা কৌয়ে। লাইচা ময়েং তাপ কোঙ্য়াঙ্ কংলাং থাংতপপু লৈরিকপয়া হায়ন পল্লেম্ মামা লাইয়োক্লেল্পী মচান খুয়া থৌপী মঙম্ হোং য়োৎপী চৈহ্ন মথৌ কুম্ন পোইরৈ সিতপ হেম্পা নাতাপপু খুলপী লাংতোল্ কোয়ন খুলথিয়ক্পতি পোইরৈ সিতপপু লৈঙমতে হায়ন চৌঙ্থোঙ্ পোইরৈতোন্

সাপী ঈতৈ লৈমা, লৈমা লৈনাউতাপী লাইচম্ খোংখোঙ সেম্পপু চীঙ্‌বা লাইক থেংব লৈসুং খারোই হৎপ চসু, লৈমা লাইহলমু-ও তাইপঙ নোংসাপালপু পাম্মুইয়ে। হায়ন খূলখিপসুঙ্ সেলপী সিতপ কপো নাতপপু লৈঙমতে পোইরৈ-সিতপ রাংঙম্ নাতপপু লৈঙমতে। সেপ্লোই নাকপাক্‌ম লংমাই চীঙ্ সাম অসীত খৈরময়ে হায়ন য়োৎপী চৈস্ মখুৎসূপু মাল্লেম লৈত য়ুংন খৈরময়ে। অতু নোংকিপু চীঙখৈ-ও ভৌনা কৌয়ে। চীঙ্‌খোঙ পোইরৈতোলন খুলখৈ চীঙনে। লৈমা লৈনাউ তাপীন পাকোন্ লূখোং চীঙনে।

কোঃ য়াঃ ( ২০ ) কাইনৌ লৌচীঙ্‌খৈ-ও কোপতি কতৌনোংকিনৌ। লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীঙ্‌খৈরাকপ সেপ্লোই চীঙ্ মঙল্‌পু নাতৈনন তম খল্লিপ লাইনিংথৌ-ও, লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীঙ্‌খৈরাকপন ঈপারি পুরাপ নঙ্‌পু পারিতঅনে হায়রপতি লাংলপ উয়ুঙ্ সুক্‌মু তোল্‌তাঙ্‌প অসীপু পায়মা নিংসান কামখায় ও। ঈমোম পুরিপী নঙ্‌সুঙ্ ঈমোম-তঅনে হায়রপতি থৌতু হুপ্‌মিপ চেঙ্‌চা তুনান্‌প অসীপু পায়মা নিংসান কাম্‌খায়-ও হায়খিয়ে। মপারি পুরাপন লাংপল্ উয়ূঙ্ সুকপু পায়মা মনিংসান কামখায়বপু কামখায় ঙমতখিয়ে। মমোম-পুরীপীন থৌতু হুপমিপ চেঙ্‌চা তুনান্‌পপু পায়মা মনিংমান কেল-খায়পপু কেলখায়রে হায়তপরা। অতু নোংকিপু কাইনৌ-ও খোল্‌নয়ে।

কোঃ য়াঃ ( ২১ ) মৈতেঙঙ্ লাইরেল্ থরাল্‌থাব তেপ্লোক্-তেক্‌প রাকাউতপন মমোম্ তম্‌পা রাংঙমলোল্‌পু নোংয়ায় খুমল্ নিংথৌ অতোল্ পুলসিপত কাউচনতৈত মমোম্ তম্‌পা রাংঙম্লোম রারোইখিয়ে। লাইরেল ঈপা মৈদেঙঙ্ লোইনাই থরালথাপ-ও নমোম্ ঐপু নোংয়ায় অথাপ্প খুমল্ অতাম্পত কাউচনয়ে। অরাং কাইনৌ লোচীঙখৈ চিঙখৈ লম্নুংসি সাতু খোপ্লোয় চীঙ অসীপু লল্‌উল্‌পি-ও হায়খিয়ে। লাইরেল্ মৈতেঙঙ্‌ন পাউখুমখিয়ে। ঈমোম্ রাঙমলোন্-ও অরাং কাইনৌ চীঙখৈ, চীঙখৈ লম্নুংসিতি পামেল্‌অঙনপপু রোঙতে। তল্লা অরেম্পবু হোতে। তেৎন লুম্‌মোই

হৌপ চীঙ্ সাতু মালতেক্ হৌপ চিঙ্পু লল্উল্নখি-ও হায়রবত লিক্লাই কাল্তোলকি মঙল্ নুঙ্পু কোকপা মিরোয় অতোল্পন পাউয়াল্লকয়ে। লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ ঈপুঙঙ্ তাঙ-ও হায়কুনো নমোম্ তম্পা রাংঙমলোন্ত কাইনৌ লৌচীঙখৈপু ললউল্কুনো। নোংয়ায় লমচল্ থৌয়ে। অতোল্‌লম্ কার্‌ম্পন হয়েং রায়থৌ খম্পূৎ লান্ চীঙখম্ চাউপোক লান্ মুংলৌ ক:লৌ লান তেৎন লংয়াম্ লান্ নোংয়ায় মরমখৈনে খুমল্ মতুয়ানে হায়কনে হায়নতি থৌখাম্খিয়ে॥

কোঃ য়াঃ (২২) লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ন তৌঈকিতি ঈমোম্ তমপা রাংঙম্লোন্-ও তাইয়িম্ নোংয়ায় মলচৎপী খুমল মলহোলপী নোংয়ায় থিঙ্পাইচর্ম-লৈমা নিংথৌ খুৎসু চনু. লৈমা কুচু কোইপী-ও কাইনৌ লৌচীঙখৈ অসীতি থাঙা অতিংঙাপু লেংলোয় পোকয়ে। লিলপোপ্ অতিংঙাপু নারেঙ্ হৌয়ে। কতৌনবনো। ঈমোমকি কোনলোই নমিংথোংতুম্ তমপা রাংঙমলোন চীঙখৈ থাল্পী-ও অসুম মিংথোলনখি-ও হায়খিয়ে। অতু নোংকিপু রাংঙমলোন্ চীঙখৈ থালপী লল্উল্ চীঙ্ মতাইরেম খাপা লাংথং-চা চক্লাই-কালতোলকি মঙন্ নুঙ্পু কোক্প মিরোই অতোলপন থৌখাম্ চীঙ্ও তৌনা কৌয়ে॥

কোঃ য়াঃ (২৩) অরাং কাইনৌ লৌচীঙ্লেল্ চীঙ্খৈ লম্নুংসি সাতু খোল্লোয় চীঙ্ থাঙ্তুপ লে'লোয় পোক্ লিলপোপ্ নারেঙ্ পোক তেৎনা লুমৈ চীঙ্ নুঙ্কোক চীঙ-নামুংনে। য়াউরৌ সানা চেল্লপসুঙ্ সাপুক্ থুম্তপ চীঙ্, য়াংলৈ তাউপ হুয়ন চেল্লপসুঙ্ তাউপ হুয়পুক্ থুমতপ, য়াইরৌ সারাল চীঙ্ তাউপ হুয়রাল চীঙ্ লোল্লোয় চীঙ্ নামুং নুমিৎ অরেম্পন পাল্লি রায় কাইনৌ চীঙ্খৈ, চীঙখৈ লম্নুংসিপু তেংথারময়ে।

কোঃ য়াঃ (২৪) সেল্লোই মতাইমতি হয়ীচকতৈত সেল্লোই লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীঙ্খৈরাকপগি খানলৈ মরোলেল্নে। মতাইরেম তেক্‌পী মরোক্চান হালন্ অযুক্ চাকমাই লাংন খানলৈ

লৌকুময়ে। লৌম্নি থিনপী মরিল্ কাৎন পোরেম্ মতা সম্, কৈথেৎ মরূ তুপ্ য়াংতৌ মমৈ সম্ন লৈমু মহু লৈহাউ মপান্ ফোইন খানলৈ মঙ্ম ফংলপত ভাউপ মহয়-চা য়াংলৈ মীয়োল্ থোক্পন হাল্ন পাউমেল্ঙম্য়ে। সেল্লোই লংমাই নিংথৌ-ও নঙ্কি তেক্পী নরোকচাতি ঐপু খানলৈ লৌরুম্পীতে। খোয়মা নায়োল্সুংত সালথুপখিয়ে। ঈতোম্ খানলৈ ঙম্থং তম্পাম্পু নমু পোংন বাৎলে। খানলৈ লৌন চাউপনিকিন অরা সোলথৈ নিক্য়ে হায়ন অস্নম্ন পাউমেলঙময়ে। অতূ নোংকিপূ সেল্লোই লংমাই লৌ রোকলৌ হুংলৌ অচল্প-ও তৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ ( ২৫ ) সেল্লোই মতাইম লংমাই মখলমতি য়াম্লা ঈতমথি ঈতম্ চৎথোক্ পল্-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। সুংপাল্ খুমুরোং অয়াঙ্পন লাপ থূমলপু য়াংতৌ সারম লিন য়াউরৌ সাপল্ লোক্ খম্পী মৈশা তাল্পত তানলোয় মরুম্পী নাহুইনয়াংপম্ চন্নুপূ রাহমখিয়ে। মোম্নূ তানলোয় মরুম্পীত হায়খিয়ে। তানলোয় ঈরুম্পী-ও নথংলেল্ ঐতি য়াউলৌ সাপল্ লোক্পপু ফায়য়েঙ্ নোংফাইকে। চৌঙ্সুং কৌপ ঈরেক্কে। মাল্লেম্ লৈথোঙ্ রোক্থিঙ লৌ কাউতম্ থাসল্ নঙম্ পল্কনি। লাংনা খুরৌবা কক্লাল্ খুনান্পপূ লালনংকনে। য়োয়পুনাই-ও নতা খুলথোক্কুনো তরেং খোঙ্ফাং নামুংন অস্নম্ন নামুংন-ও হায়ন রাহমখিয়ে। সুংপাল্ খুমুরোং অয়াঙপতি সেল্লোই ঙম্থংন লংমাই ঙম্লোম্ননা লাপ খুমলপু য়াংতৌ সারম লিপত মোমপু তানলোন মরুম্পীদ রারোইখিয়ে। খোইনৌ ঈতা-ও নঙ্ন সুমাই সুংনারপালত কংলৈ চৎথোক্কপ নতা খুলপোইতপ লৈকাই থাম্পী মৈরৌতন তরেঙ্ খোঙ্ফাং নামুংনপ অসীপূ কতৌ-পনো হায়না পাউহংখিয়ে। হোয়ত খোয়নৌ ঈতা-ও থংলেল সুংপাল্ খুমুরোং অয়াঙ্পপু লাপ খুমল্পু লিখিয়ে। থংলেলপূ থিক্লৌপন ঙম্পল্লকনে হায়পকিপূ সুমাই নোংনাংপাল্ত কংলৈ য়াথোকতপনে। খোয়নৌ ঈতা-ও নথংলেল্ খুমুরোং অয়াঙপতি

লাপ খুমলপু লিতে। চক্পা থোংখোঙ লৈহৌনুপীত তৈখাখিয়ে। থৈরাঙ লোনচৎন তাউচীঙ লোনহায়নপপু লৈয়ে। মুংপাল্ন তেং-থান লুরাংন মীকৌনপতি লোংপুতি য়াম্পী-ও কৌয়ে। ঈখোর-সুঙ য়াম্পী লুরোই থোংন লেমলৈ ঙাতারুসে। নথংলেলকি মায় মখোঙকুলপু লিরুসে হায়না য়াহৌনরকয়ে। য়োয়পু নাই নহুই-রাংপম চন্ডক মুংপাল্ অখাপম্ নিঙেঙালপীর্ক লুরাং মেল্লৈপম হলচপীক মোমন্নু মখুৎমুপু য়াম্পী লুরোয় থোংন মরাল থৌকৎলকয়ে।

কো: য়া: (২৬) সেল্লোই নাতৈনন লংমাই ঙয়োম্নপত খমকোল মরাঙ্ হৌপপু লমরোক্লরে। মোম্নু য়ামপী মখুৎমুপু তাঙক লুরেল থক্তকি লাইচ ঈতা হুমথরে। মুংপাল খুমুরোং অয়াঙপমুঙ পাথং সৌতি নানম্‌সূ তাউপ কক্‌রায় চীঙ হুয়য়া নমিয়াপু খুৎত সূনা লাপ খুমলপু য়াংতৌ সারম লিরকপত-মোম্নু ভানলোয় মরুম্পীপু লমরোক্লরে। য়োয়পুনাই-ও নঙপু সুমাই মুংনাংকুনো কংলৈ য়াখোক্তন তরেঙ্ খোঙ্ফাং নামুংন-ও হায়পতি সিঙ্লেল অরেম্পনে পানম কতোপ রায়চৎখোক্লকপনো হায়ন পাউহংখিয়ে॥

কো: য়া: (২৭) হোয়চ থংলেল্ ঈপুঙ্ তাওও ঐতি ঈতা খুলপোইত সুমাই মুংনাংপালত লৈকাই খাম্পী মৈরৌতন তরেঙ্ খোঙ্ফাং নামুংনৈয়ে। খোইনৌ ঈতা অখাম্পম নিঙেঙালপী লুরাং মেল্লৈপম্ হলচপীন ঐপু রাহম-য়ে। থংলেল নঙপু চক্প থোংখোঙ লৈহৌনুপীত তাংথাখিয়ে। সোয়খোঙ তাইথেৎয়ে খোংখা পরৈয়ে। লম্লক লুথুময়ে; মিৎয়েং সানখৈরুসে চেংলৌ মিৎখিংলুসে হায়ন য়াহোলকয়ে। অতুকিপু মোম্নু য়াম্পী লুথোংনন পানম্ রায়চৎখোক্লকপনে। মাল্লং মথি নাই খমকোল মরাঙ হৌপপু লমরোক্লরে। মোমন্নু য়াম্পী ঈখুৎমুমুঙ লাইচ ঈতা হুমথরে। অমুম হায়ন পাউখুমখিয়ে। মথংলেল মুংপাল খুম্মুরোং অয়াঙপন পাথং সৌতি মখুৎমুন থংচীং মখোক লাংন লাইচ অহকৃপর হায়ন তমখিয়ে। অতু নোংকিপু য়াম্না ঈতমথি ঈতম চৎখোক পল্-ও তৌনা কৌয়ে। য়াম্না ঈতমথি ঈতম চৎখোক পল্নে।

কো: য়া: (২৮) মমা মুংপাল্ হোয়য়াম্পী·চা, নিংথৌ ফৌরা য়াংলাইকোকস্থন য়াম্লা মথুংস্, চৈরোং লাইথংপু সেল্লোই মপা তাউ তাংখুল্ ছুইভা নিংথৌপন, ঈতম সোয়সেল্পত লমরোক্লরে। ঈল্তাল্ রাই-রকপত ছুইনিঙ নিংথৌপ ঈতম্ সোয়সেলপন খরায় চাংতোল থক্ত থৌরৈ রাখরেক্ল থারুপ্ অসৈপন, লেম্লৈ ঙামি কৌন থৌচেল লাল-কাই ফাবপু লিরি থম্মোয় ভিং, লাকা-তেলমৈ লাক্ল রায়র সেংকম থো ন পাউমেলখিয়ে। থৌরৈ রাখরেক নঙপু কাপতে, মমা মুংপাল হোয়য়াম্পী চা ফৌরা য়াঙ্লাইকোকস্থপু কাপ্ল নোংনে চায়ন রায়র ভেলরাই থাপতি থৌরৈ রাখরেকপু পাল্কপরা পাল্তে। থারুপ্ অসৈপপু উকপরা উতে। খরায় চাংতোল্ থক্ত লৈরায় অভিংঙাপু কাপথংলে। ছুইভা নিংথৌপ ঈতম্ সোয়সেল্পন সেল্লোই ঈপা-তাউ, নিংথৌ ঈপা তাউ সিঙ্চা রাইকোইপ য়েল্লাং থৌচং-থিপনরিঙৈনে। রায়র ঈতেলচতি মাল্লেম্ লৈত তাফরোইয়ে। ঐতি থৌরৈ রাখরেক্ নঙ্পু কাপ্তংতে ফৌরা য়াঙ্লৈকোকস্থপু কাপ্পনে। হৌরেল ঈমুং সোইয়াম্মত, নোংয়ায় সোইপ য়াভাপত তাল্লোয় লুমতিল্পত লরাই কোইরেল থক্ত সিনৌ লুমাই খায়ন, উল্পী চাকম লেংন, লাইথুংলুঙৈনে ছায়খিয়ে।

কো: য়া: (২৯) মুংপাল্ তাইয়িম্ ঈপা-চা ফৌরা য়াঙলাই কোকস্থন খোইম নারোল মুংত নাতারতন, থাঙ্সা মতমকুমা, লিরি তেলতোং মথুংস্থপু খরায় চাংতোল থক্ত য়াঙ্ন লেম্লৈ সোয়পু কাইরিঙৈত ফৌরা য়াঙ্লাইকোকস্থন ছুইচা নিংথৌপপু সমু লুতুংলৈ, সম্লং তাইরৈনন পরৈ পাল্কা শারে। ঈতম্ সোয়সেল্পন পাউ-মেল্লকয়ে পাথৌ-ও কোরৌ নোংমতোলতি কতাইরমকি পাইথরকপনো। ঐতি রায়র নসা নক্তে ছুরেল নারালনে, খোইমা নমায় লম য়ামচেং ননম্মুক্লরোই, থাঙ্লেল্ নথুংস্ ঙাইতে ঙম্পু মুরা কাপতি থাঙলেল মরাই লাংনতি হলরাইখি-ও। ঐকি থাঙ্লেল ঈথুংস্থ থোংঙাই মুঙসম্প অসীপু মুনা লুরক্ কাংতৈ থি, থৌনাউ লোল্লথোঙ্ লেলে। অতু

নোংকিপু য়াম্না ঈতমথি, ঈতম চৎথোক্‌পল, হুইচা নিংথৌপ নোংমল রায়, নিংথৌকৌরা য়াওলাইকোকস্থন লালত রায়িনে। থৌরে রখেরেকপু রায়রা সেংকম থোংন পাতম সোয়, থাঙলেল ঙাইতে ঙম্প মুরা কাপত থাঙলেল থৌরৈ লুম হলরাইরমনে। খোংঙাই মুঙসমপতি থাংলেল মথৌ হেম্না ওনতেরম-ও তৌনা কৌয়ে। খোংঙাই মুঙসমপতি থাঙলেল মথৌ হেম ওনতেরম্নে। ঈতম চৎথোক্ পননে॥

কোঃ য়াঃ ( ৩০ ) লংমাই মথলমতি চেঙকোই নারল ঈ-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। নোংপাল হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিপ মপল কৌপরোন নমোইনু পায়মা লিনকোইকি, মতাইরেম লৈথিনয়াঙ হাউখূ চরায়য়াঙ অয়াঙপনা লাইচ ঈয়াচাউকি রাকলেল তাংম করু, লাইচ ঈরাম্নকৃপপু তৌঈ তৌসং-ঈ, লিক্লাই পিসিলতোলকুম্পপু রাইথুংলয়ে। হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুনসিপন সেল্লোই চীঙয়াচাউকী নোংপাল ঈহকচৎ, লুরাং ঈখোঙ ফংনা, লাইচ ঈরালকে, মরাল থৌচৎলকৃপত, তরা চেঙ মচং য়াংলৈ তাউপ হুয়-থোয়া মাল্‌প চেঙপু, তরা চীঙপুং সান পৈরময়ে। অতু নোকিপু নোংপাল চেঙপৈঈ-ও তৌন কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ ( ৩১ ) নোংপাল মুংকাংপম্পক, মপারি হাউপ তেকৃপক, পোইরৈ খুলকুম্নকপত রাংঙম খুনতারকপত, চকপ থৌপাল তোংপন, নোংপাল্ মুংকাংপম্প-ও পোইরৈ কতৌপ কুম্নকপনো। রাংঙম কতৌপ খুলতারকপনো, সেল্লোই চীঙনেম নেম্ লংমাই লৈথম নেম্‌নেম্ খোইম নানা য়োম্নকয়ে। নোংপাল্ নায়িম নাক্ত হল্‌রাইখি-ও। হায়ন থৌখামঙময়ে। নোংপাল্ মুংকাংপম্পুক, মপারি হাউপ তেকপক থাঙলেল মথুৎসূন চকৃপ থৌপাল্ তোংপপু য়ানথুরে। মহিনা লাইচ ঈতা নারন-নারল্‌ন চেনথখিয়ে। অতু নোংকিপু নোংপাল চেঙকোই নারল্ ঈ-ও তৌনা কৌয়ে। নোংপাল্ মুংকাংপম্প লাল্‌নং ঈ, মপারি হাউপতেকৃপ থৌতোং-ঈ, চকপ থৌপাল্ তোংপ কান ঈনে॥

কোঃ য়াঃ (৩২) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি, মৈতেঙঙু সেলপী খারোই নিংথৌ মরোং-য়াংলৈ কাপকি চেঙকোই লম্‌তাই রায়নে।

সেল্লোই মতাইম লংমাই মখলমতি, কোলতে মরু য়োংসুংপ মরাইত, চাখা মোনতুম্ থাঙসাপকি তেংনৌ য়োংবৈ রায়নে। লাল্লোই হুইকোল্পম্ চমু মপা খোংঙাইপন পোকপী য়াংবৈ তাউপ হুয়মিং খোংপু চুনপী, হুয়চিলমু তাউথোং কাইপীন তেংনৌ য়োংরাল্ লম্নে। সেল্লোই চৌঙ্লেলু নাপোম্মতি লংমাই অয়াঙ্লম্নে। সেল্লোই অয়াঙপ মচৌঙচিননে। লংমাই অয়াঙপন য়াঙপ লমনে। লংমাই মিংলিয়াঙ্ হুয়তু খোঙকাল্য়াঙ, চৈস্ ঙাইরন্য়াঙ, পোলপী খিকপাংয়াঙ হুয়তুপ শুংমায়াঙ অয়াঙপন য়াঙপ লম্নে। লংমাই অয়াঙপ মচৌসাঙনে। সেল্লোই মপাচা লংমাই মরেল্লুনে। চৈস্ ঙাইরমনপ য়াঙপ লম্নে। লংমাই মপাচা সেল্লোই মচৌঙসাং লংমাই লমথাঙমত, কোঙয়াঙ্ রৈন ঙাইরমরে, লংমাই খোঙকানে।

কো: য়া: (৩৩) সেল্লোই মতাইমতি, তমপা রাংঙমলোল্ থাপী লেংনাউ মোম্পী অঙৌপ য়ুম্রেল্ লৈমাক, মসাপী অঙৌপ লংমাই নিংখৌ কাইনৌ চৌঙ্সোম্পক, সেল্লোই মীচঙলেলপু কামন লংমাই মচৌঙলেলপু তলমনপত, তমপা রাংঙয়োম্ম কানা হুইন কাখিরে। অতু নোংকিপু সেল্লোই কাকঙথেল-ও তৌনা কৌরে।

কো: য়া: (৩৪) সেল্লোই মতাইমতি লংমাই মখলমতি, লংমাইকোক্প য়িক্ষগলেল্, সেল্লোই তোল্লোংপ মকাইকম্নে। সেল্লোই নতাইম লংমাই মখলমতি, চৌঙলৈ সামল্ উয়াম্পোক্লে।

কো: য়া: (৩৫) লংমাই মতাইমতি মৈতেঙঙু নোইনাই থরালথাপ সনা চুংসেল্ লম্, সেল্লোই নাতোক্প থোং-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো নোংয়াই সুমুলাং সুম্মনাউ অতোল্ রাহেঙখোং আমা মৈতাঙপ নোংয়ার খোঙপু অরেম-চা, তাউচিঙ হয়পাম্পন ককলো চুম্রাংমপু তাউচিঙ হয়পু থাচিক্লে। নোইমু থুম্পু থুংত সূনা তাউচিঙ হয়পু চাকে লাকপত, মৈতেঙঙু নোইনাই থরালথাপ লাইরেল তোল্লোক তেক্পা রাকাও ঙপকি মথুংস্নুন মনপ থোক্ল রাল্থুরমরে। অতু-নোংকিপু নপং থোকপা খোং-ও তৌন কৌরে। পোইরৈ তাপা থিপ রাঙম্ হায়মল তাল্পন লমলেল্ নাতোকপা খোং-ও তৌনা কৌরে। মৈতেঙঙু

নোইনাই থৱালথাপ সনা চুংসেল ৱায়, আমা মৈতাঙ্প লুতুরম্ সেল্লোই নপথোক থোনে।

কো: য়া: (৩৬) সেল্লোই মতাইমতি লল্লেল্ কুম্প উয়া-তা লাঙচল লিরৌ লোক-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। মৱিম সেলোইন মীকৌন লংমাইন তেংথান ঈপাকপুতি উসা-ও, ঈল্লুমপুতি তুকুপ-ও নোপু কুম্প-ও কৌয়ে পাৎপু থেপা-ও কৌয়ে। থেপা ভানৈ পাৎত মাল্লং মথি নাইপপু থমকোল মরাং হৌপপু লমরোৱরে। লংমাই কুম্প চেপ্প হৈরে। উসা মরু তুপ্পপু থেপা ভানৈপাৎত হুমথরে। অতু নোংকিপু লংমাই কুম্প্র উসা-ও তৌনা কৌয়ে। লংমাই কুম্প নিংথৌ সোয়কম্পন সোয়সেলবত লাঙচল্ লিরৌ চলন লিরময়ে। অতু নোংকিপু লাঙচল লিরৌলোক-ও থোলনৈয়ে। লমলেন্ কুম্প উসা-তা লাঙচল্ লিরৌৱোক্ খুথি লম্লুংসি, হোঙকম্ লম নামুংনে। মৈতিঙঙু লাইৱেল সৱাং য়োয়-য়েলপন সনা চুংসেল লম্লে। হুয়েল লালনিকিতি কুমপ নিংথৌ সোয়কমপ সাচিফু কুময়েকলপক, লাংহৈ কুমকি পালপ চৌঙকাপাক, পাল্প থোঙ-থৈনপ, চৌঙথারৌ পাল্প তুংথাংনপ, ভাংচেং ভঙলি নাংপপু কানৱায়নে॥

কো: য়া: (৩৭) সেল্লোই মতাইমতি মুঙসল ঈ মরু; রোক্মু লমমথৈ ও কৌপতি কতৌনোংকিনো॥ নোংপাল্ কাঙপ মুঙসল তালপন মালপী লিহেপ্প কাউরেল কোলতৈংপু ইলতাল্লকপত মালপী মমৈ ৱায়ন, কাওরেল মতুং ইল্লকপত, সেল্লেই মতাইমত মসল্ মালপী লিহেপ্প, কাউরেল কোলতৈপন থৌতু মুঙপু ভল্লে। কাঙপ মুঙসল্ তালপন, মসল থোঙকুল লিৱকপত, মসল মালপী লিহেপ্পতি তেকপী য়েকেপু য়োল্লপপু লমরোৱরে। লমলেল মুঙসল্ ঈ মরু, রোকমু লমমথৈ খাল্পোক মুঙসল্ ঈ সেকচুপ্ লমমহল্নে।

কো: য়া: (৩৮) সেল্লোই চৌঙ সাম লংমাই মথলমতি, ভাঙ্ডোই য়োয়মোংপন মোংপ সলনল তালথৈত, কোয়ৌ নোংতমত, মাল্লেম নোংলেপতপনিকেল্, সামা খুতোলপু য়াংলৈ ময়াং-ও থোলনয়ে। মোংপ য়োয়চৌঙলেলক তোকমু মৈশাংপক কোয়ন-কোয়ন তাল্নয়ে। অতু নোংকিপু কৈকোই থোলনয়ে। নিংথৌ ময়াং কৈকোই চৌঙনে।

কো: য়া: ( ৩৯ ) সেন্নোই চৌঙ্সামতি, লংমাই ফুঙ্কা লাইরুরেল্ পেন্নু থুপয়োম্পী থুপয়োম্চৌঙ্ বাংপল্ কানপা কাঙকৌ চৌঙ্ কোক্পম্ য়াকারেম্পী সনা খোমহাল্ লম্ খোয়নৌ লাংমৈ চোই-কেলপী চোইকেল চৌঙ্নে। সেন্নোই লৌখোংখোঙ্ লংমাই খোংখোঙ চৌঙ লমনে। থোংখোঙ্ লাল্পন রাথায়ে। রাথা চৌঙ্নে। করাল লাইপন রারিংয়ে রারিং চৌঙ্নে। হাউনু সেল্মোয় পুরিংনু মাল্পী রানি চৌঙ্নে ॥

কো: য়া: ( ৪০ ) করাল্ নিংথৌ সোকপম্প মচৌঙ্চিন্ করাল লাক্প খৌমল্ ভৌপ মচৌঙ্সাং লংমাই করাল য়োংখঙ -চৌঙ্-ও কৌপতি কভৌনোংকিনো। নোংপাল্ সুংকাংপম্পক মপারি হাউপ তেক্পকা লোইপী খোঙঙাই থেংকে মরাল্ থৌচৎলক্পত চৌঙ্য়াইখু য়োংনাউ সাথিপা মমা নোংপাল্ য়োংেংপী চা কৌপ লিহয় পাম্প পামেল্ চেলকাপ তন্না চেলকুম্প খঙসু খঙঙমরে। লাল্সুঙ্ লালঙময়ে। নোংপাল্ সুঙকাংপম্পন মপারি হাউপ তেক্পপু রায়রা সারা হুয়েল লান্না হায়ন পাউহংখিরে। মপারি হাউপ তেক্পন ঈপল নিংথৌ-ও রায়রা সাসুঙ্ হুয়েল লাল্সুঙ্ নংতে। চৌঙ য়াইখু য়োংনাউ সাথিপনে হায়ন পাউ-খুমখিরে। মপল পন্থৌ নিংথৌন পারি-ও লমলেল্ মতাইম অসীসুঙ্ করাল য়োংখঙ চৌঙ-ও কৌসে নপল্ ঐকি কোনলোই ঈ মিং থোংসুঙ নোংপাল্ য়োংখঙ্প কৌপতি কভৌনোংকিনো তাংজ ঈকাইয়ে। হুইমাই সেলকোইয়ে। নোংপাল্ সুঙকাংপম্প কৌসে হায়ন মিংথোলয়ে। নোংপাল্ সুঙকাংপম্পকি মিংহোং চৌঙ, লংমাই করাল য়োংখঙ্ চৌঙ্নে।

কো: য়া: ( ৪১ ) সেন্নোই মতাইমতি অসাইতৈকি নোংপাল্ সুঙকাংপম্পক মপারি হাউপ তেক্পকা লোইপী খংঙাই থেংতৈত হেম্পা খংঙাই মনিংথৌ সারঙ্ লান্নং খাম্রাউপ রোকয়া থৌপু কান্নহল্ঙমত মরাল য়োনতেরক্ মচৌঙ্ হন্রাইরক্পত অসাইতৈকি

চৌঙয়াইথু য়োংনাউ সাথিপন পামেল উভোল্ থক্ক চুম চুম-চুম্ন য়েংঙময়ে অতু নোংকিপু লংমাই য়োংচুম লোক-ও ভৌনা কৌয়ে॥

কোঃ য়াঃ (৪২) সেল্লোই নাক্পাকমতি লংমাই কোক্প ভেলতোং-য়ালন য়াউরৌ সানাপত সারেল্ পোৎতম্ পুনা মরু-মরাঙ ভৈনা সারেল সাপৈরময়ে। অতু নোংকিপু লংমাই কোক্প সারু-পৈ-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৪৩) সেল্লোই মতাইমতি লংমাই মথলমতি নোংপাল সলয়াম্প; লুরাং সল্হোঙ্প য়াংকোন য়াংহোঙ্প কাউরেল মসল্-চাপু হয়রাং কুনাইতপ, তাউচিঙ্ লয়হৌতপ, নাক্খোঙ্ চেলথা হয়, লুথুম চেলথৎ হয়, লুরাং ঙাংসঙতোংপতি কাউরেল সলকি হয়, নোংপাল্ সল্য়াম্প কাউরেল সলথি হয়, ত উচিং হয়ক্রু হয়-পাল্মকি হয়রাং কম্ন হেক্ তাউচিঙ হয়পুম্মকা কাউরেল সল্পুম্মকা পানা কাউরেল সলথিপপু কাওরেল সল্না চেল্লে। তাউচিঙ হয়না রাৎয়ে। অতু নোংকিপু নোংপাল্ সলথি থেল্-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৪৪) নোংপাল সল্থি থেল্পু নাতে নাতানপতি নোংপাল্ মসু উনপী চৌঙ্ সেল্লোই কাকঙ্ থেল্-ও, কৌপতি কতৌনোংকিনো। মৈতেঙঙ্ লোইনাই খুমোম্পকি মমোম তমপা রাংঙয়োন চাথা খোঙচোম্পী সেক্মু আরেঙঙা কাপীনা. মরাল্ সুহোঙ্ খোঙতোংলকপত, ময়ুম হেমচেং চক্প অলত্রো মনিল্ নাইপন চৈরৈ মরেন্—থি কাকঙ্ কিপুন সান উল্পীঙময়ে। অতু নোংকিপু সেল্লোই মসু উন্পী চৌঙ্ লংমাই কাকঙ্ থেল্-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৪৫) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি লংমাই কৈসা নহা য়েল্লকৌ-ও, কৌপতি কতৌনোংকিনো। লংমাই অমু-কোকচাউপন মোম্ন তানলোয় ঈরুমপী-ও, ঐনা ঈপারি সাৎতপ ঈমোম্ ফুইতপ অসীপু ঈয় খোইমোম্, লাইয়িংথৌ, অতৌপ

পুরৈরোম্পা. সেল্লোই চীঙ্‌মপত খোয়্রেল মঙ্‌চঙকে হায়খিয়ে। লংমাই অমুকোকচাউপনা ঈগুং সোইয়াইমত চীঙসাং নাপোম. থুপ্না সেল্লোই চীঙ্ লংমাইভ খোমলেল মঙচঙ্‌খিয়ে। চকপা লম্লাং মাইপী মঙখি মঙলাং চুম্পী মঙ্‌পোৎ চাতম পুপীন কৌপ লাকখোঙ্‌কা চীঙঙ্ খোঙপাল রায়না খোয়্রেল্ মঙচঙ্‌য়ে। অতু নোংকিপু লংমাই অমুকোকচাউপতি সেল্লোই ঈরোক লাইচম লান, লংমাই চীঙসাং নাপোম তুপ্না, খোয়্রেল করম মঙচঙপনো। অতু নোংকিপু লংমাই অমুকোকরোইপ চীঙয়ায় য়োয়রেলপম্প-ও তৌনা কৌয়ে। লংমাই অকাংপ চীঙচারোই মপুঙয়ায়ত খোঁসাখিয়ে। চীঙচারোই খংকেল খোঁপা লোইয়ুম লিক্লাইরোকপনা সেল্লোই মচীঙলেলত লোইতাম থাপু সি, লাঙহৈ কুম্পু রোম্না খোয়্রেল মঙচঙপত চকপা লম্লাং মাইপীন খোয়্রেল মঙকাওরক্লে। অমু চীঙয়াই য়োয়রেলপম্প-ও, কাইরৈ ময়েলচা অমোম পুম্ন মুপীন সোইনি-ও বায়ন য়াহৌখিয়ে। কাইরৈ য়েলমোম পুম্নমুপীপু অঙোপ পুরৈরোম্পত সারেল পুম্ন কৎন সোইনিচরণত মপারি মেল্লে লৈনৈপপু সাৎলকয়ে। অমু কোংরোইপ মসানৌ লংমাই অরুয়াঙ সাকবনা ঈসাপী অমু চীঙরোনপতি মপারি সাৎতপসুঙ সাৎলকয়ে। কোয়্রৌ করম ললসাপনো, রাঙপল করম্ন পাউকাপনো। চেংলৌ মিৎখিৎকে মিংয়েং সানখৈকে হায়ন পালপ কৈপু সারকয়ে। অতু নোংকিপু লংমাই অরুয়াঙ সাকপতি অরুয়াঙ্ কৈসাপ-ও তৌন মিংথোংখিয়ে। লংমাই অরুয়াঙ কৈসাপতি মসাপী অমুকাংওইপন অঙোপ পুরৈরোম্পত সারেল পুম্ন কৎন সোইনিপত য়াওচলে। মসাপীন চেংলৌ মিৎখিৎলে। ঈসানৌ অরুয়াঙ কৈসাপন ঐনা সারারেল পুম্ন কৎন সোইনিপপু য়াওচয়ে। হৌচিক থুমনাউ মথুৎতোল য়েলনাউ মসাতোল ভাঙচ লুরেলতোল অসীপু য়াউরৌ সানা কারকনে খোইমোম লাইনা সোল্লকনে। ককচেং লুচাউপী চানা কানকনি ভাঙচ লিলন কাল্‌কনি হায়ন পামেল উকারক্কা য়েপ্ন সোঙ্‌নিখিয়ে। অমুকাংরোইপ মসানৌ অরুয়াঙ কৈসাপ। মপারি

সাৎভপ মমোম কুইকপন কোন্ন মপারি লংমাই তেরুবা সাকপপু সাৎলে। অতু নোংকিপু অমুকাংরোইপ সোইনি চীঙ, কৈসা নহা য়েল্লু কৌ. মেয়ৈ সাৎপ চীঙ্ লংমাই তেরুবা সাকপা ফুইনা চীঙ-ও তৌনা কৌয়ে। অমুকাংরোইপ সোইনি চীঙ কৈসা নহা য়েল্লু কৌনে।

কোঃ য়াঃ (৪৬) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি রাইরঙ কোকেয়া পাৎ ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। সেল্লোই অঙাপীকা লংমাই অতাংঙাপকা ঈমোম হয়থন্ কুপ্নসে ঈতু হয়কৌনকুসুসে হায়ন সেল্লোই ময়ুম নাকপু হুল্লাল্লমঙৈত লাংপল্ চরুংখাঙ খোঙচুম-ও উৎতি সালতেং ঈতা সালতেংপপু তাঙ্চ লুরেলতোলপু সেংলে। ময়ুম সেল্লোইন মীকোন লংমাইন তেংথানপতি তাঙচ লুরাইরেলপুতি কোকে ও কৌয়ে। সেংলপপুতি অপানপ-ও কৌয়ে। অতু নোংকিপু লমলেল রাইরঙ্ কোকে পাৎ-ও থোলনয়ে।

কোঃ য়াঃ (৪৭) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি লরেল্ ঈরঙ্ থোংঙাই পল্-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। লংমাই সুরা-লাং সনাপী তরামঙামক্কা, পাখং লংমাই-লাং সনাপী তরামঙামক থোংভুম্ থোংন রোক্করে। থোংঙাইপল-ও তৌনা কৌয়ে॥ লংমাই সুরা-লাং সনাপী তরামঙামক্কা খোইনৌ মালচা ঈরা রোইপসিং-ও, হয়েং কৌপ চীঙসুং সোইরক্রপত লমসোইতনা ওল্লপসুঙ, অনৌপ লম-রোক্কহৌসে, হায়ন লাইচ ঈপু চাইনতি সিঙ্নরময়ে। অতু নোংকিপু ঈরঙ্ থোংঙাইপল্-ও কৌয়ে। লমলেল ঈরঙ্ থোংঙাইপল্, খুসু কুমতম্ সোয়, উপীপোক্ চরাং-থাং, থিন্পী অরংলৌ, লয়সুং অরো লাউপনা থিনপী নমঙানন, ঈঙা কুমচেল লাউপ মরমখে, লংমাই ঈরঙ থোংঙাই পলনে।

কোঃ য়াঃ (৪৮) সেল্লোই নাকপাকম লংমাই চীংলেল, নাপোমতি লুংমাই-লাং সনাবা তরামঙামক্ক উ-লাউয়ে। উরাউ চঙীনে। সুরা লংমাই-লাং সনাপী তরামঙামক্ক সুমলেলকিতি মায়প্পাকপা, থাঙই

খোঙ্‌চায়োংপ মস্থম-খঙ্‌, য়াক্লা মানপী থেম্‌চিলস্থম্‌; ভেংনা মানপী কোথা স্থমত, স্থম্‌ভাই-চি নাতৈ নেৎনা, সামন কোম্থোচম্বা, সোয়া রাইয়োপম্প, মল্‌ন-স্থক, ল্ংমাই নিংথৌ-চন্থ লৈমা কোইসং কোইয়াম্থ চুনপী, থয়াম্থ লৈসং সাকপী, মপারি চেকাই মকায়াপা ললসিং-স্থক, চৌঙসোং নিংথৌ নিলতুম নিলভাম্প নোংমল-স্থক, স্থকম্‌ তোলতাঙপ্‌ সাম্রি কুহিকিভি-স্থক, লাংপল উয়ুং সিঙচঙ পোৎপূ পামেল খাঙতপ পাম্রন থুবাক্‌ ভিল্লাইমেলন য়াম্পী মায়ঙৌতালন য়ুস্থংয়ে য়ুস্থং চৌঙনে। লংমাই য়ুরাউ চৌঙ সেল্লোই য়ুস্থং লোক্লে।

কোঃ য়াঃ (৪৯) সেল্লোই মথল্‌ম লংমাই মতাইমতি মৈদেঙঙ্‌ পুনসিপ চৈকন-থেকপা, মুয়াম সাকপনা কামু নিংথৌ লৈমচা, কোস্তে মসঙকাই হেমচেং ময়ুম্নাক, চক্‌পা মসাইকোলত-মৈতেঙঙ্‌ন সালথুপ্পপু, কেকে মাঙখানন মোইরাংনা তুংইল্লরকপকিতমক, লাইয়েল ঙাঙঙোই মৈতেঙ্‌না সেল্লোই ঈরোক লাইচমমত পামেল উবু-য়াহিপ্পনা সালথুপখিয়ে। অতু নোংকিপূ সেল্লোই নিংথৌলোক-ও থোলনয়ে। মৈতেঙঙ্‌ চৈকলথেকপা মুয়াম সাকপনা সালথুপলিঙৈত, খোইয়ম লাইপু থুরুময়ে হায়পকিপূ লংমাই লাইনিঙ লোকনে।

কোঃ য়াঃ (৫০) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি থুলচাল হাইন্থ চন্থ ঈরাং পুঙফায়োইপী, ঊতি সমখোঙ সেংপী, চেঙহি সম্লক খায়পীন লাইচ ঈপাল-লাং, ঈমু ময়োল সৎপত, পুল্লাং লূয়োই থোংন লৈরায় হুইসোলপু কায়কপত, পাকোল থুয়ৌ-না; তাঙচ ঙাইখং-মা মেল্লাং তলব লৈরায় থুনিক-না, সলথি থুনায়ন, পুল্লাং থুৎয়োন থাপীন সাঙতিং মকৈজাপু লাইচা ঈতা ভায়ময়ে। অতু নোংকিপূ হাইন্থ চন্থ সাঙতিং কৈজা-তা-ও কৌপপু পোইরৈ তাপা থিপা বাংঙম হায়মল তালবন থুলচাল কৈজাতা ঈ-ও তৌখা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৫১) লংমাই মথল্‌ম রাইয়ঙ নাসিপাৎ-ও কৌপতি কভৌনোংগিনো। অতোল নোংয়ায় থুমল লৈমা নোংপায়োনবী সময়ো-কপী, মপাম সেল্লোইনা মীকৌন মতু লংমাইন ভেংখান সম্পুতি খিং

খিং-ও তৌনা কৌয়ে। সমচিপুতি কায়নৌ পুঙলৈ-ও তৌনা কৌয়ে। খিং-খিং কায়নৌ মসমচিপু খোইমোম্ লাইপু য়োক্লকে হায়ন, চৈরৈমফিন য়োম্না য়োমচলখিয়ে। অতুনোংকিপু নোংপাল্লোনপী সময়োক্ তৌনা কৌয়ে। নোংম্নায় খুমল্ লৈমা নোংপাল্লোন্‌পী সময়োক্‌পু; নোংম্নায় খুমল্ নিংখৌ চৌঙ্‌পা য়োংতাল্ খৌপ অতোল্‌পত কাউচানয়ে। মরাল্ লুহোঙ্-খোঙ্‌খোংখিঙৈত লাইচ ঈরাল্‌পত সমু মখুংনাউতোনকি, কোন্‌লোই মখুতোপ্পু মাঙ্‌লময়ে। অতু নোংকিপু রাইরঙ্‌না সিমাঙ্-ও কৌপপু পোইরৈ তাপা খিপন লম্‌লেল্ রাইরঙ্ নাসিপাৎ-ও খোলনৈয়ে।

কো: য়া: ( ৫২ ) সেল্লোই মতাইমতি লংমাই লৌখুৎসা সেল্লোই লৌয়েল্‌প খাপী কপনিঙ্-চৌঙ্, লংমাই সুংসি-চৌঙ্-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। তম্পা রাংঙয়োন্ অঙান্‌প হেনলোই চঙ্‌পী, তুপী ঙাংয়েক্ লাপা চমুনা তাংখুল্ সারম্ হাউ সুরাপী সানা সাল্‌রোল্ নোংত খৌরৈ নিঙ্‌তুম্প, তেৎনৌ য়াপাক্‌প, লাংলেল্ কোঃয়াঙ্ রারুকোল্ সাফপ, লৌখোৎ মাঙইম্ন, হাউরম্ তুংথাংন, চিল্‌ফি খানিরু, লাইফি খোইতোম্ন, কোনঙৌ পল্‌চল্-সি, লিক্লাই নাথংনা তাচোপ্ খাঙ্‌রাইন, কক্‌চাক্ সমখোম্নন, খানলৈ লৌতায়ে। মসাপী অঙৌবা লংমাই নিংথৌন তাংখুল্ হুইতোক্ পাখংপপু সাল্‌রোন্-লক্‌য়ে। চৈরৈ সেৎখম্না, মল্লৌ য়ুচিংননা, রাক্‌তং নাসিনা, কাংকম্ য়াচীরু, য়াইরি খাঙ্‌তোম্ন, কুরাও ফল্লাং খাঙ্, তাংখুল্ তোরো লোইখোম্-থাঃ মচন্ হাইনু তাউপী মল্‌কৌ থাঙ্‌ন, থাঙ্‌লেল্ চিম্নী লোংপপু নমৃত থেৎন, চুম্পুন্ লাম্লৈ-থেমু, হুইরোং লুকাং-চিল্, সরু কৈথেৎনন, তেলতোং নমৃত হুল্, লিরৌ খাঙ্‌তপ্-পায়, চল্‌তেল্ তোংতিংন, য়োয়পু-নাই-ও, খম্লাং ঈপা লৌ, ঈরেং ঈরৌ অসীত লৌতাঙ্কম্পী নুঙ্‌পু কনানো- হায়ন পাউহংপত তম্পা রাংঙমলোম ঐদি তাংখুল্ সারম হাউ সুরাপীনে হায়না পাউখুমখিয়ে। য়োয়পু নাই-ও। নহাল্ নপাম্ সারম্ কা, মতাইরেম্ হাউনিংসিং কোকপ-চাঃ হাউনিংসিং ঙাপা চানা, সিঙ্‌চ লয়্‌তোই চম্না পামেল্ উয়াই

হক্লা, থারোই উসাং য়ান্পত পামেল্ খাঙতেক্লরকয়ে। হাউনিংসিং কোক্প চা, হাউনিংসিং ঙাপা চাস্নুঙ পামেল্ উকৈ চোংনা চেল্নয়ে। তয়া মচাক্ য়োমস্নুঙ মথাঙ মথাঙ ঙৌতুম ঙৌনা তারময়ে। তাঙচ লিলস্নুঙ সিঙময়ে। পামেল্ উস্নুঙ নাম্না তুরকয়ে। অতু নোংকিপুস্নু সেল্লোই লৌউরাল্, লাংমাই উরাল তাঙচ-সি, চাকথাঙ ঙৌরোক্ য়েন্পেৎ মৈথুপা, য়ায়খু নাসিনপা কিহাইপা লম-ও ঙৌনা কৌয়ে। খোইমোম লাইয়িংথৌ উরাল লাক্প মচৌঙলেল উরাল তাঙচসিনে।

কোঃ য়াঃ (৫৩) সেল্লোই চৌঙলেল নাপোম্মতি নোংপাল নান্পা সাথিপকা, মসানৌ নানপ সাকপকা, লাপা খুমলপু য়াংতৌ সায়থ লিপত মসাপী নানপ সাথিপকি তিমেল মথুংস্নুন, মসানৌ নানপ সাকপকি খুপোম থাঙথোং লমত ঈমু কিরাক সান চৈপীরে। নোংপাল নানপ সাকপন পাথং সাঙতিঙ মখোঙ—য়োম ঈমু কিরাক সাপা কিপু, য়াংলৈ তাউপ মহুয়চা য়াঙলা করৌমিকি য়াংলৈ ঙকত কিসিনন থৌসিরক্য়ে। তাউপ মহুয়চান নান্পা সাকপকি মোম্নু তালোয় মরুম্পীকি থাপ্লো মরিল্ সিংন কম্কল্লিঙৈত কৈরা মতমপাক্ত য়াংলৈ মৈকা থুপ্ন ঙাউপ হুয়না মিকপ্লুয়ে। মোম্নু তালোয় মরুম্পীন থংলেল্ নান্পা সাকপকি সাঙ্তিঙ্ মখোঙ্য়োমপু, ঈমু কিরাক সান য়াংলৈ ঙক্ত সিন রাইথুংলপ অসীপু করিনো ওস্নোক্য়ে। লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ্ রাচিনচাও, লেংক্লৌ সৌরাই তাঙ্ন ঙম্পল্লপ-নয়িঙৈনে। হায়নতি থিক্লেল্ থাকা ফুনা মিংকোই থম্পাল মাল্-পত থিঙ্ঙেল্ লাইচা ঈনম্-থায়, লাইচা তরু ঈচেল্ন, কনৌ থিঙ্ঙেল্ চাংসোয় ঈখোলকুম্ন, অচেল লোক্লৈহৌন, লোক্লৌ থুতোল্ফুনা ইল্তাল্লকয়ে। য়াংলৈ তাউবা মহুয়চা য়াঙ্লা করৌ-মিনা অনৌপ অমালক্ হয় মিরুপ্ঙময়ে। অতু নোংকিপু হুয়কপ্ লম্নুংসি, ঙাক্লাপ্পা পাৎ, উয়োক-কোক হুয়কপ্ লমতাই থেল-ও থোলনয়ে।

কোঃ য়াঃ (৫৪) মোম্নু তালোয় মরুম্পীন থংলেল্ নানপা সাকপা-ও। নসাপী নান্পা সাথিপকি তিমেল্ মথুৎসুনা করুম্না

টৈপীরপনো। নোংপাল ময়ুম্বাক, লুবাং মসাইকোলপু চঙলকুম্নুসে। পোইরৈত ভারসে হায়ন মোম্ন্, তালোয় মরূম্পীন সমু ৱোইরম পায়, কোওয়াঙ মচৈস্নন সরেল্ ৱেৎলম সুনা, সেল্লোই খুনেৎ কুম্নক্পত লংমাই থেলখাঙ ভারকপত কোওয়াঙ মচৈস্নপু সুনা সৌন কুম্নকয়ে। অতু নোংক্লিপু নোংপাল কায়পী ম্রাসৌ চীঙনে। হুয়কপ লমভাই-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ ( ৫৫ ) সেল্লোই মথলমতি লংমাই মভাইমতি লমলেল পোইরৌ কেনপোই লৌ, পোইরৌ লমম্নুংসি। সেল্লোই সিমা—রৌ, লংমাই নানমা কোল-ও কৌপতি কভৌনোংকিনো। সেল্লোই অভাঙ ঙাপীক লংমাই অভাঙঙাপাক চিনকোই পাউরম্নঙৈত, মমোম সেল্লোই অভাঙঙাপীন মিকপখিয়ে। ঈতু নিংথৌ লংমাই অভাঙঙাপা-ও, ঈপিং-ঙাপু ঈতু হয়কুনকুম্নুসে ঈমোম হয়থানকুম্নুসে হায়প অসিপু সেল্লোই ঈপাচা, লংমাই ঈয়েম্ন, থাঙঙা ঈসঙকাই, সঙকাই ঈপালসাংকি, খোয়নৌ ঈতা ঙাইরোইনাই, য়াংভৌ পোকমারোইপীপু ভাঙচ ঈকায়য়ে। হুইমায় সেলকোইয়ে। ঈতু ঈপিংঙাপু সিপাম্নঙ সিমিম্নসে। হায়ন সমু খোঙপু খিম্না ঙকসম লুম্নাং কোম্না মিকপখিয়ে। অতু নোংকিপু সেল্লোই ঈপা-লৌ, লংমাই নানমা কোল, খিলপী লম নামুং-ও ভৌনা কৌয়ে। সেল্লোই অভাঙঙনপী, লংমাই অভাঙঙাপতি, সেল্লোই মম্নিম-নাক্পু নমভ হুল্ন, থেংন কোয়না; কোয়না; পোইন হাইন চৎখিয়ে। অতু নোংকিপু লমলেল কেলপোই-লৌ পোইরৌ লমম্নুংসি-ও-ও থোলনয়ে॥

কোঃ য়াঃ ( ৫৬ ) সেল্লোই মভাইম লংমাই মথলমতি ভমপা য়াংঙমলোন খুয়াই লৈমা পানপ কৈসিঙ নেৎপীখ নোংপাল নাউখোঙ চাম্পা চালকোল-য়েক; লৈভাঙ সেকুরেক্ অঙৌপপু শোলপী মখোঙ পুম্ন, চেক্লা মসা থেক্লা কায়ময়ে। খুয়াই লৈমা উরোক থেক-ও ভৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৫৭) সেল্লোই চীঙসামা চীঙলেল নাশোমমথি লমলেল ফেল্নমতাক, ঙারংয়াল-ও কৌপতি কত্তৌনোংকিনো। লংমাই কোকপাক তেনত্তোংয়ালন য়াউরৌ সানাপক্ত পাখং তিলমেল মখুংস্থু খংচীং মখোক লাংপু য়াউরৌ সা সঙাইন ফেলসিল্লুপপু লাপা সিঙন খল্লে। খোক্লাং তাঁমৈ লাকপপু লাকয়োল্লে। তিলমেল তাঁমৈ পায়পপু পায়য়োল্লে। সেল্লোই ঈপা-চা, লংমাই ঈয়েল্লুপি'-ও, তিলমেল ঈখুংশূপু য়াউরৌ সা, সাঙাই লালপী সা, সাঙাই তুঙাং সাদ করম ফেল-চিল্লপনো হায়ন তাক্লমরে। অতু নোংকিপু লমলেল ফেল্নমতাক-ও কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ (৫৮) লংমাই কোকপ তেলত্তোংয়ালন লাপা খুমল পুনা য়াংত্তৌ সারম লীপত য়াউরৌ সারং য়াল্লমরে। সেল্লোইন মীকৌন; লংমাইন তেংথান সারংপুতি ঙারং-ও কৌয়ে। অতু নোংকিপু লম্লেল ফেল্নমতাক ঙারংয়াল-ও তৌনা কৌয়ে। মৈতেঙচ্ লাইরেল নাউ-কংবা খোসা রায়. লাইরেল থংচীঙ খোক্লাং চৈ, খোক্লাং মখুংস্থু, অয়াং নোংনেম চাখুলখোক, খোকমায়োই তাংচুম্পা. খোকলোই সুরাপী নায়েলখোক, অয়োন লোইকেল-খোক, সৌপোল লৌনেম-খোক, কংলা মৈচন খোক, সুরা পৌত্তোংচৈ ঈক্ফাপা, খোইমা লাইয়েক থিংকাবা চৈ, লাইরেল থংচীং মখোক্লাংন, খোইমা নায়োলযুংত যাগ্রং মথি নাই, থমকোল নোংলৈ হৌপতা, নম্না ফেলচিলপপু পল্লেম মমা লৈসুং পিসিম্ ঃমচা, মাংল্লেম লৈথোঙ-য়োক থিঙলৌ কাউতম থাপা সল, য়াউরৌ থুচুম কেলতরিটৈ পাপুই লৈয়া থকসেংন থিঙলৌ মথম্রন, কাচঙলৌপ রোক্লেল নমশি লোক চরিটৈ, লোক্লৈ সিয়াই তুন. রোক্লেল মথম্রন মথি নাইপ কাউ, রোক্লেল লাপা খায়েনপ, থিঙলৌকিন য়েনহানপ, থচী য়ারেল মরি পালপ, খাগি য়ারেল মরি পালপ, সুপ্ন তিলসিল্লপতি য়ারেল নিপাল সুপা-সা, রোকলেল য়াপালপপু ফেল-থুয়ৌয়ে। অতু নোংকিপু মৈতেঙঙ্ লাইরেল নাউকংপন রোক্লেল লাপ খায়োনপ ফানরায়নে।

কোঃ য়াঃ (৫৯) সেল্লোই নাক্পাকম লংমাই চৌঙ্সামতি সেল্লোই লংমাই নিংথৌ চম্নু থাঙ্হল অহলপন পোক্পী, থাঙ্গা কমপোঙ য়োঙপীন, মপাম সেল্লোই চৌঙকাকে মতু লংমাই চৌঙপু য়োকে হায়ন কম্পোঙ ময়ালয়াইতকি ময়াল থৌচৎলকপত, লাংলেল কোঙয়াঙ্ রাসথৌ লোক্লৌ সৌরাই তাঙন খুয়া য়োরুম মেল্ন ঈম্নু কিয়াক সানা ঙম্পাল্ল। লংমাই ফুরোইন্নুত্তি মপাম সেল্লোই চৌঙ্পু কাঙমতে। মতু লংমাই চৌঙপু তল্ঙমতনা সেল্লোই চৌঙ্থনমত নোংমল্লে। অতু নোংকিপু লংম ই ফুরোইন্নু নৌসিপীতি নোংমল রায়নে। লমলেন ফুর সি-ও তৌনা বৌয়ে। সেল্লোই লংমাই চন্নু ফুরোইন্নু নৌসিপীকি মমোম য়া'রা মপাউ চাউতপী চিনকোই লোলথোক্পীপু সম্নু নমত পোনা মপাম সেল্লোই ময়মথৈপু ইলতাল্লকপীনিকিন মমোম চেপলৈ মকা-লক্তুরিপী লৈখোঙ তলহৈতপীন মপল অম্লপুকা রোইপী পল্লেম অকেম চাকমোম লাংক ওইপীপু মমোম্ন ফুনিন নাসিনন মপলপু সঙ্য়ে। সঙতেপী-ও কৌয়ে। কোমপেক খূৎত সূনা পল্লেম মমাপু ঙাই-থময়ে হায়পকিপু ঙাইন্নুপী-ও হায়না থোলনয়ে। সঙ্তে ঙাইন্নুপী ময়মথৈ লংমাই ফুরোইসি অচল্পনে।

কোঃ য়াঃ (৬০) সেল্লোই মতাইম লংমাই মথলমতি নোংয়ায় অরিক্থুপ খুমন পাংথৈ চাম্পন য়াউরৌ সানাপত অসাইতৈকি লংমাই ফুরোইন্নু নৌসিপী মমোম চেপলৈ কাতপীন ফুনিন নাসিনা কোমপেক খুৎত সূনা মপলপু সঙপী পল্লেমপু ঙাইপীপু নো য়ায় অরিক্থুপ খুমল পাংকৈ চাম্পুন মমোম্ রোইনকে হায়ন লাংকোই সয়াঙ্ থক্ক ফৈরা তাল্ত থোংলময়ে। য়োয়চাল চৌঙনে খোইনৌ লাংমৈম্নু মিংথোংরাইনে।

নোংয়ায় অরিকথুপ খুমল পাংকৈ চাম্পন লাপ খুমলপু য়াংতৌ সারম লিপত তাউপ মহুয়চাপু মাঙলময়ে। অতোল অরিকথুপ খুমল্ পাংকৈ চাম্পন য়াউরৌ সাপল্ কোক্পত রায়রং

মনাসিপু মাঙ্‌লময়ে। অতু নোংকিপু রায়রং নাসি-মাঙ ও তৌনা কৌয়ে॥

কোঃ য়াঃ ( ৬১ ) সেম্লোই নাক্‌পাক্‌ম লংমাই চৗঙ্‌সামতি ল'মাই কোক্‌প তেল্‌তোংয়াল তেলতোং মথুৎস্নপু পামেল্‌ উতোল-থক্ত য়াম্লমযে। অতু নোংকিপু লংমাই কোক্‌প তেলতোংয়াল-ও খোলনয়ে॥

কোঃ য়াঃ ( ৬২ ) সেম্লোই মভাইম লংমাই মথলমতি লংমাই লিক্‌রাইরম-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। খুমল্‌ খোঙকলয়াঙ্‌ অয়াঙ্‌পন লংমাই পাইপং লৌথিপ, মরিক্‌ লংপুম, থরায় চাংতোল থক্কি লিক্লাং চেনরাইন অচেন লোক্লৈ হৌন লংমাই লিকরাই থারকযে। অতু নোংকিপু সেম্লোই লিকচেল-লম্‌ লংমাই লিক্‌রাই লম-ও তৌনা কৌয়ে।

কোঃ য়াঃ ( ৬৩ ) সেম্লোই মভাইম লংমাই মথলমতি অসাই-ঠৈকি খুমল্‌ খোঙকলয়াঙ্‌ন লংমাই লিক্‌রাইরমঙৈ রাকয়ৈ মথুৎ-নেৎত সমু মথুংতোল্‌ কুন্‌মপু কারল্‌ কারল্‌ চোংসিলথিয়ে। অতু নোংকিপু লমলেন্‌ খোঙকারাংপী ও তৌনা কৌয়ে॥

কোঃ য়াঃ ( ৬৪ ) সেম্লোই মভাইম লংমাই মথলমতি ঈরেং কোল্‌ৎর'ই-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। মমা তম্পাক লৈহৌমু-চা লংমাই পাইপং লৌথিপক খোঙলৈমা-মচা মৈতেঙ্গু লাইরেল্‌ কাইনৌ ঈরেংপক লাপ খুমল পুন য়াংতৌ সারম লিপত খোইমা নারোম্নুংত লাপ নাংথারপ মসেলপু খোইমা মায়রোক্লন য়ামচেং থাকংনরে। পাথৌ মঙতি কনাবো হায়ন পাউহংথিয়ে। ঐতি তম্পাক লৈহৌমু মচা লংমাই পাইপং লৌথিপনে। মঙতি কনাবো হায়ন পাউহংপপু ঐতি খোঙলৈমা মচা লাইরেল কাইনৌ ঈরেংপনে। হায়ন পাউথুমথিয়ে। খোইমা নারোম্নুংত লাইরেল কোনলোই মথুংসিপু ফুরা লংমাই সয়াঙ্‌ তালক্‌ মৎনা সিম্নয়ংয়ে। অতু নোংকিপু ঈরেং কোলসিলরইনে থম্নুং কোলসিলরাই-ও খোলনয়ে॥

কোঃ য়াঃ ( ৬৫ ) সেল্লোই লোক্সামা লংমাই লোক্থন্মতি লংমাই হিকুম্প লোক্লেল কোলনে। সেল্লোই কচেং নাইপ লোক্লে। লংমাই চীঙসামতি সেল্লোই নাক্পাক্মতি সেল্লোই নৌসি থেল-ও কৌপতি কতোনোংকিনো। নাউরোয়তাউ চীঙখোঙ সাফপী মমাল্ মচা য়াইথিঙ খম্পাল খম্পপু মপল্ সাল্তাকত মতু সালকোংভন নোংমলপী, য়াইথিঙ্থম্পাম্প লম্কাম্পু লেংলেল্ ককমরায়কি মরাল য়োনভেরকপত থরায় মীরাংপাল্ন সালকোং-চীঙ সেল্লোই নৌসি থেলনে॥

কোঃ য়াঃ ( ৬৬ লংমাই মতাইমতি আতে মোইকোইরোক্ সেল্লোই য়ুমখুল্ ভান-রম্ লংমাই মোইকোই কুম্না-লম, লাপ মৈরোম্পা ভানরম্-ও কৌপতি কতোনোংকিনো। ময়ুম সেল্লোইন তেংথান লংমাইন মীকৌনন মাইপপুতি মোইপ-ও কোয়ে মাইপীপুতি মোইপী-ও কোয়ে। অচুম্পপুতি অতেপা-ও কোয়ে। লংমাই কাখোয়াঙ তরুক্মন খোইনৌ মাল্চা ঈরা-রোই কম্পোং হৈরাইমু সাফপী তরুকমপু তাউচিঙ্ হয়চেল্নকে হয়পোক্ সৌতি য়াল্ লেম্চং লিহয় পোকপু লৈয়ে। পোলচেং লাইচম্ থন্না হয়রাং লুথোং সেম্না চেল্লনকে হায়ন মরাল থোচৎলকপত সেল্লোই মমাইপী অতে মোইকোইমুনা থোখামঙময়ে। ঐয়ুম লংমাই পাথং লাংসাপনা কথোয়াঙ তরুকমা-ও অসীপু ঐকি খোম্লেল মঙলালচাল্ত সেল্লোই নাক্পাক্ম ককথপ লংমাই চীঙ্সাম কিম্থপ মঙ্পু মঙলময়ে। নঙখোম লাল্লোই মীঙাথোক সারেল মীপুং লাংপু রোইরকনে। পনম থোচৎথোক্লকুনো হায়ন থোখামখিয়ে। লংমাই কথোয়াঙ তরুকমতি মরাল থোচৎভনা হলরাইখিয়ে। খোইনৌ মমাল মচা কম্পোং হয়রাইমু সাকপী তরুক-মতি হয়পোক সৌতি-য়াল লেমচেং লিহয়পোক্ত মালচা মরা রোই-পসিংপু নোংহাম্পপু খুমল পুনসিপ খোইমোম অথোপন মোম্ ভাঙচ মসমচিপু করু খোল্লাং পহয় সরুখিয়ে। লংমাই কথোয়াঙ্ তরুক্মন সেল্লোই ঈনাইবী-ও করম্ন চুম্পু চুমশনো লাল্লোই

মীঙাথোক্ সারেল, মীস্থংলাংপু রোইতন রোইয়ে হায়ন হায়খিয়ে। অতু নোংকিপু লংমাই অতে মোইকোই-লোক-ও তোনা কোয়ে। অতে মোইকোই লোক সেল্লোই সুমখুল ভানরম্নে। লংমাই মোই-কোই কুম্নরম লাপ মৈরোম্পপু ভানরম তাউচিঙ হয়রুচিক লোল-য়াম্প পললিরাই কা খাউথনভপ রোঙলিরাই লংমাই অতে মোইকোই লোকে।

কোঃ য়াঃ ( ৬৭ ) সেল্লোই মতাইম লংমাই মখল্মতি সেল্লোই কন্লকপ-লোক্ লংমাই লেপয়ান-থেল সেল্লোই লাইহললোক অতুপ লংমাই লাইসিলোক্ অচৌপানে। সেল্লোই চীঙসা না-পোম্মতি লংমাই কাংত্রুক কাঙনাউ তোংপ য়াউরৌ সামিংনপ ময়িমকম উকোঙ মৈসাং মসাইকোলনে সেল্লোই মতাইম য়াংলৌ নাহামাঙ্ উচোন লম্মহল্ অলত্রো য়ায়াপ মসুমাঙনে।

কোঃ য়াঃ ( ৬৮ ) সেল্লোই মতাইম লংমাই চীঙসামতি কৈরাও চীঙলাইপক্ ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। সেল্লোই অতাঙাপীক লংমাই অতাঙঙপাক হাউনু ঙাইতে লৌসঙ-থক্ক পরিং লেপলৌ-তিং উকাক্ মাই-ফাং য়ালন থাঙঈ লিহয় ঙাক্পত লোইমোম লিহয় সঙপত মতু সেল্লোই অতাঙঙপান ঈমোম লংমাই অতাঙঙাপী-ও নঙ্পু সেল্লোই ঈপলঙাই লংমাই ঈপা ঙাইতভি কাউচানরোইয়ে। ঈমোম হয়কৌনকুমুসে। ঈতু হয়কুমুসে হায়ন চিনকোই পাউরল্নরময়ে। মমোম সেল্লোই অতাঙঙাপীন ঈতু নিংথৌ লংমাই অতাঙঙাপা-ও ঐতি নমোমতঅনে। ঈতু লংমাই সনা কৌপীরয়োইয়ে, চীঙঙু নোংথৌ সরারেল্ অরাং পাথং য়োয়রেলপ, মিংয়েং ভাংচুম্প্রপু নাকোঙ নাচুম্পপু সোংকিয়ে। কোরৌ থারুক্ক রাংপল খাথানন তেলরাই থারকতৈনে হায়ন সমু খোঙপু থিলনতি রাকন্-পপু রাকনঙমতখিয়ে। তানলোয় তুমুংসি থংলেল্ রানুংসিপু রোইরপত মতু লংমাই সনা কৌপীতেত, পালপ মাঙথান কৈরেল তুংইলনরকয়ে। মমোম সেল্লোই অতাঙঙাপীন সমু খুহত খুংনিংথৌতা

সিরিপ কোললোই মখুৎতোপ চোয়নৌ সনা মৈখাঙকোলপু চকমোম খাম্পী মৈত ঈরু হুলচিলখিপপু পাল্পা মরাইপক্ত পাল্লুয়ে। পাল্পা খোংতুম-খোংন কৈরেল লাওতুন লাওন চেনখিয়ে। অতু নোংকিপু কৈরাও চীঙলাইপক-ও থোলনয়ে। কৈরাও থোলমরক্তি মযিম সেলপী কপোন হেমচেং চক্পন মনুং মালস্নু সেংন উকাক কোক্থোং তুপ্ন মৈতেংঙু সেলপী ক্যামপতা চোয়নৌ সনা খাউচাউ হালন রাংকোল পুকৈ লোইপু হাকে লাক্পতা য়োয়মযায় তাওতলপন থোঙলেল খমঙৈ অঙান্পন খোঙমৈ নেম্লকপত সেলপী মুতুম মুনা কপো রাওতুম রাওন কাইয়েং নোংক কাইরমেয়ে। চীংনুং য়াইরেক্লমেয়ে! কোপ চীংনুং নোংক সোইয়ে, সোইর তৈন রোল্লকপত কাইরৈ অকন-কৌ, য়েলপু য়েনচং চক্লে কৌ, কৈথোঙ য়েলকাম্প কৌ, নোংতম য়েল লৈরোল নোংলোন খঙপ চেক, লৈনুং সোইপ য়ুংপ লাওন কাইকক্ খোঙক থিল্ন কৈপল মরাঙ হৌন নাকলু মোইকাং য়েন কাইরৈ সাকন তুফাং লয়ন ফূনা মচেং মসেল খোল-মায়ন তরাও তরাওন খোংলময়ে। মযিম সেলপী কপোন য়েলপুতি কৈ-ও কৌয়ে। কৈন করম্ন তরাওন খোংলকপনো হায়না হায়খিয়ে। অতু নোংকিপু কৈরাও-ও তৌন কৌয়ে। খোইমোম লাইয়িংথৌ কৈরাও লাক্পা তারি-য়ালি খলতরা মচীঙথেলনে। সেল্লোই অতাঙ-ঙাপীকি মরোপলনে। লংমাই অতাঙঙাপকি মকাইকমনে। কৈরাও চীঙলাইপক্নে। মরম লমলেল মতাইম সেল্লোই সলসেলফমযে। কসাল সলকৎলমনে। খোইমোম লাইফালোকনে।

কোঃ য়াঃ (৬৯) সেল্লোই মতাইম লংমাই চীঙখলমতি মরম খোঙচি-ও কৌপতি কতৌনোংকিনো। লংমাই পেতংঙা লিরু লৌথিপাকি মমালমচা হোঙনেম য়োয়খুলচাউপু তায়রকপত মযিম সেল্লোইন মীকৌন লংমানই তেংথান মৈপুতি য়ায়-ও কৌয়ে। পুঙপুতি খোঙ-ও কৌয়ে। পুঙখোঙ থিন্ন, মৈয়ায় থান্ন তালনরকয়ে। অতু নোংকিপু খোঙচি য়ায়নায়োক-ও থোলনয়ে। লিরুং মখুৎস্নুপু তিংলময়ে। অতু নোংকিপু মাকতিং-ও তৌন কৌয়ে।

হয়া হে, হে লিরাই-ও ॥

---

## —অক্লাঙ্গবা লোন্দা হন্দোকপা—

লাঃ ১

কোনথৈ = কোল্লা লোইখিবা (সোরারেল)

সোংলেল্ = মঙাল্লা থাপ্প চৎখিবা

চৌঙঙ্বা = অহান্‌বা লাই অহল্

থিঙ্‌লৌ = নিঙলোম্‌দা

খুৎলাম্‌খাম্ = ইহান্ হান্‌বা

লাঃ ২

তেৎলৈ = যোৎ

ঈরাক্‌মনা = অশৈবনা

লাঃ ৩

মুংপী = অরাংবা লম্

সমু নম্‌দ হুল্লা = তুংওইননা থম্বা

লাঙ্‌চৈ = ময়ায়, খ্বাংগী মখা থংবা হকচাংগী শরুক্।

সেক্‌চুপ্ পলতাই য়ৈনা = উচুক্ য়ুংনা পল থিংবা

থমগোল্ = মুংসিৎ

য়াংদো সারম্ লিবদা = সানা চৎখিবা লম্বী মরম লিবদা

লাঃ ৪

য়াল্লা খোংকৈ চিরোল্ চল্লা = খোঙ্‌নেৎকম কম্বাক হানা

লুফ্‌ই নাপ্‌থুময়ে = লু থুময়ে।

খুপীং খুপাই = সা মখল্ অমা

অচেল্ লোক্লৈ হৌনা = য়াল্লা য়াঙ্-না চেন্না।

তক্‌লৌ সিল্‌তং সোল্লা = তক্‌সি সোল্লা

থিকলেল্ থাকা ফুনা = থবাক্ থুত্নম্ মুনা।

লাঃ ৫

উনৌ কোনতে = পাম্বীগী অনৌবা ময়োল্

সোর = সা-ঙা কাকম্‌গী পল্

কনহৌ নিক্‌খিয়ে = সাউখিয়ে।

কোঙ্‌য়াঙ = রা

লাঃ ৬

পাঙম্পপু পাচুরে = মপা লাক্‌পবু মপা চুমলে।

লৈরায় হুইসোল্ কারক্‌পদ = লৈরায় রানা কারক্‌পদ

মনাসিবু = মনাদা চিনবা হোরবাইবু

রাহমখিয়ে = রাহংখিয়ে।

খুনপোইকুনো = লৈকাই কোয়গনো।

অঙানবনা খোঙ্‌মৈ নেমলে = মুমীৎ তাগদোরে।

লাঃ ৭

লোক্লৌ সোররেল = অকবা সোয়

লোযোম্ = কৌ।

লাঃ ৮

ইনতাল্লকপদ = লাক্‌পদ

ঙমলোন নাতৈনবদি = হেক
থংনবদি
কক্লৌ মানপল থক্ত = লম
অতোঙবদা

লাঃ ৯

খৈরময়ে = লোইরময়ে।
পাক্োন লুখোং = কোক্ত হাপ্পা
কৈজা
থৌতু হুপমিবা = সুঙ্ অচৌবা
কাউচনঙৈ = থাজঙৈদা
লম্চল থৌয়ে = লম করাময়ে।
অয়ুক চাকমাই লাংনা = অয়ুক
চাক চারগা

লাঃ ১১

কৈথেৎ মরূ তুপ = কৈনা থুপ্ ফম্
খোইমা নারোল্ সুংদা = নাপী
মরক্ত
সালথুপখিয়ে = লোৎখিয়ে।
তানলোয় মরুম্বী = লৈমিন্নবী মুপী
মতু
চীঙলুং কোবা ঈরেকে = অহিং
লেক্কে।
ঙম্পল্লকনে = ঙম্নকৃকনি
সুমাই নোংনাং পালদগি = সুমাঙদগি
য়াথোকতবনে = চৎথোকতবনে।

লাঃ ১২

তৈথাখিয়ে = মনাক্তা লৈখিয়ে।
য়াম্পী লুরোই খোংনা = লোং-
কোক্ত পুনা

খমগোল্ মরাঙ কৌপা = নোংলৈ
সুংশিৎ অকনবা
সৌতি = মচিন তুম্বা চৈদি
পানম = মথৌ
মিৎয়েং সানখৈরুসে = য়েংলুসে
লাইজ হকপরা = ঈশিং অকনবরা

লাঃ ১৩

রায়রা = সা
ঈনুং সোয়াইমত = অহিং নোং-
য়াইদা
উনবী চক্কম লেংনা = পুক্তা লেংন
সম্লাং তাইরৈননা = সম খুদাংদা
য়েৎন

লাঃ ১৫

মৈতেঙঙ্ = মৈতৈগী ঈবুঙেঙা
খুৎতা সূনা = খুৎতা পায়না
য়ালথুরময়ে = য়ানথুরময়ে।

লাঃ ১৭

হুইমায় শেলকোইয়ে =
ঈকায়জৈয়ে
হলরাইরকপদা = হল্লকপদা

লাঃ ১৮

য়াউরৌ = সা
সানাপত = সাদানবদা
চৈরৈ মরেল থি = অকবা ফি থিদুন
ঈমোম ফুইদবা = ইচানুপী পো-
জবা

লা: ১৯

খোমলেল মঙচঙ্কে = তুংগী রা খঙগে

মঙখি মঙলান চুম্বী = তুংগী রা হায়বদা চুম্বী।

মঙপোৎ চাতম্ পুপী = তুংদা থোকদবা রা হায়বা ওম্বী

সোইনি-ও = অপাম্বা নিজো-ও

লা: ২০

হুল্লাম্নমঙৈদা = হুন্দোক্লমঙৈদ

সানতেংপপু = ঈরুজববু

লমসোইতনা ওল্লবসুঙ = লম্বী সোইরবসু

সুমলেল্ কিতি = অথোইবা সুম্বলগী দি

লা: ২১

সুমত্তাইচি নাতৈ নেৎনা = সুম্বল মচী নেৎনা

তিল্লাই মেন্না = তিন্ তৈনা

লাইজ ইপাল লাং = ঈরুজত্তনা

ঈমু ময়োল সৎপদা = ঈশিং শোকপদা

পুল্লাং খুৎয়োন থাবীনা = পুন খুৎনা পায়দ্রবীনা

লা: ২২

পোইরৈ তাবা থিবনা = লৈবাক্তি থৌথোক রাথোক থিব মীশিংনা

থৌরৈ নিংহুম্পু = মনিঙতুম্বা য়োৎ

থাঙলেল চিন্নী লোংপপু = মচিন অনি লোংবা থাঙবু

সিংচঙ লয়তোই চন্না = সিঙজঙ তোইনা থানা

পামেল উরাই হন্না = উগী মউ য়াননা

লা: ২৩

ঈমু কিরাক সানা চৈপীরে = ঈহং-নাইহংসানা চৈনা পীরে।

সাঙ্তিঙ্ মখোঙয়োম = অসাঙবা ফিগি খোঙউপ্।

খৌসিরক্যে = পাউখোন্ সিরক্যে

থাপনৌ মরিন্ সিৎনা = মোইথাপ তাদুনা

লাংলেল কোঙ্য়াঙ্ রাচিনচৌ = রা মচিন তুম্বা।

লা: ২৪

সরেল্ য়েৎলম সূনা = য়েৎফি খুং-না পায়না

খোইনৌ ঈতা ঙাইরোইনাই = তিন্নবী মরুপ

ঈপিাঙবু = ঈবানিবু

ঙকসম লুম্লাং কোম্না = ঙকশমদা কোম্

পানবা কৈসিংনেৎপী = অসিংবা কৈ তোংবী

লাঃ ২৫

কেনচিল্লুববু = লংশিল্লুববু

খিঙ্লৌ কাউতম থাবা সল্ = কাউ থাগ্রবা সল

রোকপেল্ লাপা খারোনবা = অচৌবা ওক্ লাব

লা: ২৬

কোঙয়াঙ রাসা থৌ = রাসাগী অথৌবা মচিন

নোংমল্লে = সিরে।

য়্যাবা মপাউ চাউতপী = মরোল্ শেংনা থোক্তবী

চেপৈল্লে মকালক্তরিবী = মকি সেৎ-তরিবী

অমলপুকা ওইবী = সিরবী

লাঃ ২৮

সানকোঙদনা = কনা খঙহন্দনা

হয়চেল্লগে = হয় পীজগে

হয়রাঙ লুথোং সেম্না = হয়য়োম সেম্ন

নোংথাম্পপু = ঙাইববু

লাঃ ২৯

ঙাইতে লৌসঙথক্তা = লৌতাংসঙদ

সোংকিয়ে = কিজৈয়ে।

লাঃ ৩০

চোয়নৌ = সনা

মৈথাঙকোলবু = মৈদা তুমদা মাঙ্দবা ধাতুবু

চকমোন থাম্বী = মৈ

